# মৈতিংঙু লাইনিংথৌ

## পাইখোম্বা

নিংঙোম্বা মনিজাও

# অহিংগী থাউমৈ

ওক্রম মিনা দেবী

# মনিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা
# লমজানুবশিংগী মকমদা

# ৱাহৈ খরদং

ঐহাকী অহাঙবা শৈরেং লাইরিক 'থাংপোকশঙসিদা অমম্বং অতৈ শৈরেংশিং' ইংখোক ১৯৯৩ দা কোংখিবা মতুংদা অনিশুবা শৈরেং লাইরিক 'অহিংগী থাউটৈ' অসিমক ইংখোক ১৯৯৫ দা, ঐহাক্না মনিপুরী লোন অমসুং সাহিত্যবু হুংশিজ-বগা লোয়ননা পীবুক্নংদা কাউরকপা করিগুম্বা থরবু শৈরেং ওইনা ইথোক্ন্না কোংদোকচরে। অহুবু লাইরিক অসিনা মীয়া-মগী পুক্নিংবু ক্দায় কাউবা চিংশিখা ওন্নিবা হায়বহুদি মীয়ামগী থুত্তা অহুম থমজরি।

ওক্রম মিনা দেবী

# লামায় তাকপা

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ১

চক্তবদি য়ারয়োই ট্রোয়গী লমজায়দা।
কাউবমক হেনকত্রে কুরুক্ষেত্রগী লমপাক্তা,
চংলুরসি বাটারলুগী লানফমদা,
কপ্‌ইন্নসি কলিঙ্গগী মীকপ মীরাউখোল্লক্তা,
তাইবংগী থোঁদাদা চিংননিঙাই লৈলত্তে,
তাউথজরকসনু অঙোবা কাঙাশিং
ভমপাক অসিদা,
লৈকোল অহুতংগী মঙলান্দা,
কৈদনো থংদা,
মঙলানগী মপোক্তা,
অন্নুম তাউথরকপা, অন্নুম তাউথরকপা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,

অমম্বা নোংলৈনা কংবদা

অমুয়া,
মীৎলু অসিদা, মৈয়াম্বীনা, মৈয়াম্বীমা,
শাগৎপন্থু লেপত্রি, চংশিল্লি অমুম।

চমহুনা মৈবুল অসে,
তাউথরক্লি খুদিংমক্না
স্বর্গ-নরক অনীগী ইতিলকমদা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা'
শোয়দনা তাউথরকপা অঙৌবা কাঙ্শিং…
ইয়াইদা থম্বালনা তাম্বশুম
থম্মোয় থম্মোয়দা মৈচক্লি অমুয়া
হুংবু শক্লহুনা,
শক্লহুনা কাঙানা অথাপ্পা চৎয়াদা,
হৌপ্রবম্মু সত্যযুগ, হৌপ্রবম্মু কলিযুগ,
হৌপ্রবম্মু যুগ যুগ,
তৎপা লৈত খৌয়িসে,
লোইবা নাইদা খৌয়মসে,
তাউথরক্লি,
সম্রী ওই কংলা অমিগী,
পাম্বেল অসিবু শোক্লুনা,
লৈকা লৈকাদা থেংহুনা,
য়াশক্নুনা থম্বুংদা, লতাগী য়াইবীদা,
গেটেগী লাতমদা, আর্ধ্যতত্ত্বগী অতিয়াদা
……নচিংবা,

হায়দোকপা থুদিংগী মপান নাইদা,
হায়কম তোক্তা তাউথদা লেপ্লে
ওসিন্‌ দম্মাং অসিদা,
চৎহন্না মৈবুল অমে
তাউথবা লেপ্লে
অন্নুম্তা মাং, অন্নুম্তা হৌ,
মণীংদ্রু হাপ্তে, পোলন্দু লৈতে,
হিরোসিমা, নাগাসাকিগী যোমগী
মৈথু কাউয়হনা, পোথাবা লৈত
অচৌবা কাণ্ডানা তাউথরক,
গলাগী তোর্বাপ্পা অচৌবা মুংন্ত্রেংলক্তা
শায়হনা,
অশিবগী থুবাক্তা, 'মহ চেনবা মৈথুবী নিশাদা,'
'তাউরবা পরিবেশকী তমপাক্তা' কমহনা
হাপকপদি লেপখি থয়ানবিচাক মপৈ শোক্ত্‌না,
থংদা অপেংবা চুক্তিদু
মৈথুবীলক্তা লৈচিং থুবা তথদি লোইনাইদা
তাউথরক্লি অচৌবা কাণ্ডাশিং
মৈবুল অসি চৎহনা,
'মৈথুগী হিপোমদা তাউহনা,
অমবা নোংলৈনা কংবদা'......

কুমাদু হাংথৎলক্উ,
অমুম অমুম হাংথৎলক্কই, মরোল-মরোল,
যোংমদি তানি নোংইমদু থুক্তা,
পাইকমগী অরোম্বা তাংকক্তা,
থয়ানবিচাকী তমপাক্তা কমহনা

মচাগুম নিঙাই শাংদাক্লনি ৱাখলদা
সুংশি পীরাং ইহৌই,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহ্রনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
অসুম লাক মথং মথং,
মঙকাউরকপদা কপ্পুনা লৈরম্ই
নোংইনবু খুৎশোক্লা,
থরায়গী বেলুন্না কায়খিবা উবদা
কোয়ঙাউননা কোয়চেন চেম্বা,
কোয়লাউ লাউবত্তমক খোক্লে।

অসুম ওইবসিবু,
অসুম অসুম মাঙখিবসিবু, থরায়গী চিঙাক্লা
মালেমগী গর্ভদা পুম্নমক্কী ?
অচুবু, ফুরাহুদি হায়রবা ওমজ্রে,
মরমদি, তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং
মৈবুল অসি চমহ্রনা,
মৈথুগী সমজ্রদা
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহ্রনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'………
লৈচল লৈচল খোক্লহ্রনা,
তাউথরক্লি, তাউথরক্লি,
পোম্বী চেক্লা চিঙোক্লবগুম
মীৎলু অসিদা তমহ্রনা,
লেপ্পা লৈতা, লোয়বা নাইদা

'লাইথী শাবোসে'

শান্নবুংগী মৈচাক্তা 'পোদোনসে' ভাউহুনা,
চিষাশা থমহুনা 'লৈকোলগী' মিংলেন,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা,
ভাউথরক্লি অম্মুম্না অভোবা কাঙাপিং………

থুপ্লগে বানী মহম্মদ অহুগী,
লোৎপ্রগে শাউজেল যীশুগী,
মুনি, ঋষি কয়াগী ভমপাক্তা,
লোৎচসনু অমম্বলক্তা………
অঙাম্বা হায়ববু কৈদনো ?
অঙাম্বদা উরিবসিবু করিনো ?
থংদে, থংদে, কৈদম্নু থংদে ।
বাথলদা ভাবা নত্তুনা পাম্বৈ লৈতে।
অশেংবা নোংজু ঙায়বদা,
মৈথুনা শ্রূপচিনথরে মীৎলু অসিম্নু ।
অহুবু ভাউথরক্লি অভোবা কাঙাশিং
মৈবুল অসি চমহুনা
মালেম লৈমগী ভমপাক্তা মনি মুক্তাবু ফুমহু.
হুরাম্বগী লুক শেমহুনা
ভাউথরক্লি, ভাউথরক্লি………
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা' ।

⁂

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ২

অমরোমদা, অমুমৃতা লাকচসনু ।
কেমেস্ত্রিগী লেবোরেটোরী থারবনি,
থারবনি 'দি গ্রেট ৱাল অব চিনা',
লম্বী কাহ্নুনা অমুম্না
মতমগী কোঙ্গোয়বু হেক হেক লংশিল্লকপদা
লৈথোকপীনবা কনা লৈতা,
মীৎলুগী পীরাংসে অঙোবা রুমাল
পায়ছুনা ;
'চুংশিবা মহাক্তি' লোৎগ্রবদা,
অমম্বা মপৈ লংশিল্লকপতা
মহাক্না ওই ।

থংহৌদে, করম্না য়োম্নকপা
কাঙাশিংনা অম্মুম্না তোর্বানসিদা......
তোর্বানসিদা পীরাংনা পীহৌনরিবা
লৈকোলগী লৈরাংনা কেমথিবা উবদা,
থংহৌদে, সনামচু .শংলবা লাইঙ্জ
ঈচেলগী 'তপ' তপ'
তাহ্না থোঙেলদা, থংহৌদে,
ওইরক্লিবা পুম্নমকসে,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউছনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
লৌথংচগ্রবনু কয়ারক হম্না
মুরবা পাত্র অসিদা,

বুদ্ধগী 'বুধি' খোংনাংদা কমছুনা,
মঙলানগী মুয়াদা মঙদয়া,
থংহৌদে,
লৈচিলদগমক তারম্মী কংশিংসে।
অমুকম্মু হংনিংই,
থয়ানমিচাকী খোংনেম্বা
কয়া থীররি খোইমুনা লৈরাং ?
অহবু তারম্বী 'কুমশিংগীলক্তা',
'লৈচিলগী খোংচত্তা'
পথরবা লৈরাং. মতং মতং তংলবা
শয়াং, মচু মনম মাংপ্রবা গুলাপ,
তাং অমম্মুং অভিনয়গী চক্রসিদা
লৈহুনা, কজবগী সঙলাশ্দা
খেংনরুই উংকী খুজোক খুজোক,
কয়কই. কয়কই, খোম্থাংদা য়েনা
নোংজাবী ওনথ্রবা নোংহৌবু মীতয়া
অয়াবদা পুথরুই নোঙৌবীশিংনা।
অহবু,

'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা'
তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং.........
লোংথ্রবম্মু সেক্সপীয়ার অহুদি
'কজবা অমম্মুং প্রেমগী' লৈমায়দা,
'মাঙকত্রবা অশেংবা মুংশিবগী' লাতমদা
খোয়াউ কয়া য়েক্তুনা,
কয়া কয়ানি লোংথ্রবম্মু

থম্মোয়গী লায়ুমদা অমম্বদা ভিন্দুনা;
'রেডিও এক্টিভিটিগী চাংজোদা' চিংনা য়েংহুনা
নোংজুথাগী হঙোইশিং থুরক হাংদা
হৌনা হৌনা কৌরি অনৌবা নোংহৌ
ভুরেল ভোর্ব্বানগী লৈঙোই মশীং
থীবগী হৌনশা, তাইবংগী মহৌশা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং.........
লৈচিলদা থম্বালনা শাংপগুম,
পুক্লিংগী মীকোনা ভম্বগুম
থোংবা থোংবা থুদিংদা
ঙসিসু হাংনক্রি লৈরাংগা লৈকোলগা,
থানক্রি ঙসিসু থম্মোয়গা, থম্মোয়গী
ইহুলগা.
মরমদি নোংহৌগী ওইকমদি অভিয়ানি,
ওইবনি, ল'কচসনু অম্নামৈচাক,
কায়না মৈশা,
তাইবং থম্মো'য়দা নত্তুনা কৈদা
হুনগনি মরুভূমিগী মৈশা।

থোংবাসিদা অঙৌবা কাঙাশিং,
অম্নুম ফাউথি, অম্নুম লানথি,
থংদা, শায়েক্তো নৈননি কৈদা,
অর্থতা মাল্লি অর্থনা লোংথবদা,
পুমচায় চাগ্রবদা লৈপরেংগী লৈরাংশিং,
শাশিম্বা মীনোক্তা তাউজবা থম্মোয়না
কৈদা থীরুনি লংলাদো ?

অহুবু তাইবংগী মিংশেলদা
তাউথরক্লি অতোবা কাঙাশিং,
মন্দিরগী কাংশি য়ৈহুনা,
মহুদি থংদে কনাগী নাপবু হৌরিকা,
শায়তানগী মালঙ্গা তাউবরা
থংদে, থংদে, কৈদম্ভু থংদে,
অম্বুম্তা তাউথরক্লি অতোবা কাঙাশিং.........
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুদা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা' ।

তারম্বা থেংনরুই ভৎলবা
পয়েংগী লৈরাংশিং ।

নিংশিংবা ঙমদরে হুণ্ডাইবা মথৈদি,
য়াকাইহবা ঙমত্রে অয়ুক্তী কেয়োন',
শান্তোকপা ঙমত্রে বসন্তগী লৈরাংশিং
লম্বী থীবদা, অম্বুম লম্বী থীবদা,
'খোঞ্জেলদো' শক্তুনা,
তৌরিবা মতোংসে ?

ব্রহ্মশ্রীগা রাজশ্রীগা খেন্নবা অদো,
শর্মাজম্বা ঙমত্রবা পুক্লি অমম্বুং য়াখলদো,
লামশিম্বা খুদিংগী মীৎলুদা ঙাতৈ
লৈচিলহুতমক, থাজদি উঙমত্রে,
উঙমত্রে শুপ্নগী, অম্বুম্না
মকুপ তারবা গ্রাসতা কৈদম্ভু
উঙমত্রে শক্তম অমা,
অম্বুম লম্বী চৎপদা, অম্বুম লম্বী চৎপদা ।

অদুবু লোমদবি চংডৌবা কাংলাগী
মোংহৌদি, ওইদুনসু,
'মৈথুগী হৈপোমদা তাহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
য়াইবীনা লাম্চমদাই পুংফমগী লাইজ
মরিক ওই,
আশাগী সুংজ্রেংলকসিদা ।



# অহিংগী থাউমৈ ঃ ৩

অহুবু পোথাবা য়াদে,
অহিংচুপা তুম্বা য়াদে,
অম্নুম অম্নুম তাউথরকপা
অঙৌবা কাঙাশিং……
অতিয়াগী লমজাউদা মৈরা পরেং চুবদা,
সুংশি রারী লীবদা অম্নুম……
উফুলগী য়াউরাদা
মাংথরবদা উত্তমকাম্নু মরুভূমি অহুদগী,
লোৎথরবদা নোংহৌম্নু ঋতুগী খোংওন্দা
সুর অমদগী সুর অমদা,
উশা অমদগী উশা অমদা
তোহনা, কাইহৌ তত্তনা
তোহনা অমুক মাং,

কাইহৌ ভত্তনা অমুক চঙিম,
হস্লোক হঙিন চত্তুনা,
ওইরবদা শিংনন্নিজৈ,
'পুক্সিনা উখাদা, থম্মোয়না দলাদলদা',
অমুকস্তু ত্তৌদ্ধুনা,
'পুক্সিনা দলাদলদা, থম্মোয়না উখাদা',
অমম্বা নোংলৈনা য়ৈরবদা।

অম্নুম অম্নুম ঙানখৎলকই
হেন্না হেন্না থাউমৈনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা
উন্নীনা য়েৎপগুম ঙম্মিবমখৈ
তম্নহ্নুনা 'ব্লুম কাল্টিভেশনগী' মৈনংলমদাই
উশিং ওই উপায় অমত্তুদা
মশানা মশাবু চুজহ্নুনা
হেন্না হেন্না লংথোরকই
থক্তোকপদি লেপ্তু ঈশিংদা উবা ঙাগুম
ফল তাত্রবা অঙ্কসিদা।
হকচাংদি লৈররে মৈঙাম্নকসিদা,
প্রকৃতিগা পুন্না চৎমিন্না
নোংলৈনুংশিৎলক্তা কেকুলোৎপী
শামন্না, লেপ্তুনা লমজায়দা
ঙাম্নরে লৈরাং লৈকাগুম।
অহবু হে প্রভু !
থম্মোয়দি লৈরম্মী চৈত্ত পায়বা
অহললক্তা, অনাবগী নাহেথোললক্তা,

অশিবগী চৈথেংদা,
চন্দ্রনা লম্বী লমশাংদা, থৌজংগুম
গৌতমনা হুঙাই মঙলান্দা
অয়াবৈমশা কাউথিবা য়াইবীহুন্দা
তাইবংগী লীলাদা য়েঙমদা,
হংথিবা শগোলথৌবদা
য়াহং কয়া কয়া ।

‘বুধি থোংনাংন,’ অমুম লাপথোকখি
হে প্রভু !
ইথুংসিনা ওমজয়ে থুংলাম ভোয়না
কৌজবা ‘মহাজেবু’,
পাঙ্গল থোক্তয়ে, শুদ্ধংখ্যাইনা চুথয়ে
থোপ অসে,
ওপগী উরিনা ওস্মিবমথৈ য়েংশঙুম,
য়াংমা য়াংমা কাউনা পৃথিবীগী
কাচিন কোয়া থুদিংদা
অশেংবা অমম্মং অমাংবগী প্লেটসিদা
কুষ্মৈতবু থৌরাংলছুনা ।

অমুম্না, অওকপনি তেংবাম্বগী কুষ্মৈ,
ওায়তা ভায়রম্মী পোংলমশিংনা
লম্বীগী ফজবা ফিরোল,
সনামাম্বা, অমাম্বা কয়ানা,
য়াংলবা চেকপলনা ওায়ছুনা
থম্মোয়গী নৈজবা থুদিংমক চিংথোকখি
মথং মথং,

ইক্তুগুম তাহ্লা লৈরম্বী আহুরগী
মমাংদা,
চংশ্রবদা য়াইথীঙুংগী
থাজবা, ভেক্তি অমত্তুং প্রেমমা
মথং লথং বাই, বাই'
পীরবদা, লৈমায়দা
হায়থথি কাপ্পরবা চকুগুম ।

অচুনা 'হোংমবা' মংমতা য়ারকই,
মরমদি তুরেলনা চেহৈক মশাগী ঈরিলদা,
খুৎশেম্না শেম্বা য়াত্রবা
তুরেলগী ঈচেল, সমত্রুদা হঁতিলকমদো
ঙাউরবা শক্তিগুম কোয়চেন চেন,
মতমনা য়ারকই মত্তোমতা
খেম্বা লৈতা 'টরক বারক'
খেম্বা লৈতা 'সিয়ারম টরার'
য়েম্নিং য়েম্নিংদি কৈদন্থু হৌরমদে,
তাহ্নতা লৈরম্বী মুংগ্রেংগুম
পুক্নিংগী লাহুনবা, ইপুং অমিদা
তাংজহ্না ।

লবুক লম্ফাং য়েংলুই,
শক্তিনা তথকনা চেনথি
কৈদনো থংদে,
থারবা হুংশামৈশালক্তা, লোয়ন্থু নোংথৈলক্তা
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহ্না,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',

থম্বালনৈকানা মেমোন নোকপা থেংনক্লই
শজিগী মীৎম্নাবু থম্মোযদা ফুমহুনা,
অতুগা লৈশাত্তদা 'কৈগী মউম্না'
শনখি হরাইজণ্টেলতা ওটহুনা ।

অহুবু অম্মুম্না
পাম্বৈ ওইনা শক্তাকপা,
শক্তি ওইনা চিংথোকপা,
মচূ তরেৎকী পাথাকম 'পোদোনসে'.........
য়েৎনবহুনা,
অদুগা,
লৈচিনগী মশক্তা
অত্তিয়াদগী শিম্বরকপা 'নোংলিকশিংসে'......
মীৎলুগী পাম্রাংনা সাক্ষী ওই
অমম্বদা তিনখি, অমম্বদা তিনখি.
মরমদি অমম্বদতা থাদোক্লম,
অঙাম্বদা লৌশিন, অওইবা ।

নত্তে, লম্লাম্বনি 'থুদিংমক',
শকথংদবনি, অতুগা প্রলয়গা কোম্নবা
লোৎলিবা অহুনি,
নোংজু ওই 'নোংহো—লৈম্রাংদা',
ঐগী মঙলান্দা ।

ঐগী মঙলান্দা অম্মুম্না
ওইবনা থুদিংমক,
য়াওন য়াত্তামিম্নরিবমথৈ কোম্নবা
ওইরবমু ঋতুগী থোংওন,

তাওইঠমক সুর অমদগী সুর অমদা…
পোখাবা নৈতনা,
গঙ্গাযমুনাগী ঈচেলদা
সমত্রুগী ইথক্তা শাম্নহুনা,
নৈরাং নৈকাদা নৈনম্না
মন্দিরগী মণ্ডলান্দা শাম্নহুনা,
ওক্লরে, ওক্লরে।

⁂

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ৪

অহুগা অয়ুক্তা নোংজুনা লমজংসিদা,
দম্বদুর ফংত্রবদা কৈথেলাসদা,
বাকৎ খোম্বাংনা তোয়রবদা,
'থাউমৈদো কৈদনো ?'
অহুগা 'কৈদনো মলয়াগী মথানা' ?
মত্তোমত্তা চেম্থিবা তুরেলগী
'লৈত্তোই শেক্তাসিবু' কম্নবা
বারকচবা ওমত্রবা থম্মোয়গী উকল
লৈপ্রে কৈদা ?
মসিমক্তা ওইরম্রে চিক্তাক
গুরু-মন্ত্রবা কোঙোইগুংসিদা
তেংথাগী মনিলদা তাহুনা,
থুপ্তদনা মোমবাত্তিগী মরুমসিদা,

ওইরম্বনা মীৎকী কুম্মৈ, 'কিহরবা ফুরানা',
লৈরাং কয়া কয়াগী, অহুগা
নোংহৌ খিখিকী লাম্ভমদা,
আশাগী শাহুমনা মৈচমসে পুম্নমক
মরুমদা থুগুদ্না, অদুম্না
পোনসিদা তেনয়া অমনা
ভুমথুন তান্নবী 'সুংশিবা সুরগী
পোৎলুম্না' মপোৎ কারম্বনা;
সুম্বনা চিংথোকখিবা অসুম্না
খোম্থাংনা লৈকোলদা লৈরাংশিং
অসুম্না প্রমানবু থম্মী
খোঙ্গুল ওইনা চিংহুনা।

অসুম্না, চৎলুরে বুদ্ধগী থুম্নাদা,
শীর্ষ্যাগী মহুংদা, মজজিদতা,
অহুগা মন্দিরগী থম্বালদা।
পাউথুমদি অসুম লোৎপীরে।
লৈচিলত্তমক উই মীৎলুসিদা,
ওয়াম্বনা সুংতমক মূর্তিশিংসু,
অহাংবনা অহাংবদা তারম্বনা
ওমৈথে অহুগী চেকপাম্নসুংদা
খম্বিখি, ওম্নগী পুক্লিংগী
হুণ্ডাইবা অমম্নুং থাজবনা
থম্লবা পাত্রতমক ওইরকখি।
অহুনা ইপাকতুদা চাউজবা তান্নখি
অতৈ কম্নিমু উবা ঙমখিরে।

খোংশানুনিংলিবা খোংচৎসে,
ইশাগী মাংমদা,
চেকপল অসে লান্দুনা,
পাজলবু চিংথোক্তুনা
মমিগী লাইনিংগুম পহৌ অসি মুথৎতুনা,
মৈচাকপু পীতুনা
চেকপল অসিগী মাংমদা,
'লৈকোলতুমকী লৈরাংশিংগা' শাম্না
পাম্লিবনি,
লমকোয়বা অমা ওইনা,
'ফুরাতুবু' মঙদম্লৈই অমুম্না।

অতুবু হায়বতমক থোক্লে,
মাংলবা সৃষ্টিবু য়েংতুনা
ফুরাদলালগী মীকোদা, অমুম্না
তাইবংগী সেবাদা ওইরকই......
চেকশিন্নবগী, থৌশাদবগী, মহৈনা শেন্নবগী

তাথ্রবা ওইতুনমু কয়ারক,
লীক্লাদা কমতুনা, মীকুপকী হুন্ডাইবদা,
ওইতুনমু, অমুম্না
চীথাম্না তোংতুনা রোকেটকী মীংলেম্বা
থম্মোয়দা থমতুনা থৌনাগী শক্তম্বু,
তাইবংগী মিংশেলদা কোয়থি পীতুনা
হুংক্রেং হুংগ্রাইশিংসে,
থাজগী উহৈবু থম্মোয়দা চুপ্তুনা,
তাইবংদদি ওইত্রবা কৈদমু। অতুবু

মতোমতা তারখি মিংশেল মিংশেলদা,
লম্বী লম্ফাংনবগী, তরংগী অমম্বুং চেকশিন্নবগী,
থহ্‌ংফমম্বু লৈত, ইযুমম্বু লৈত
রারীনতা তাহংলবা লাম্বুম অমে,
রাই ওল্লবা চিষান অমে,
থাউমৈগী ঈচেলসিদা।

থাউমৈগী ঈচেলসিদা, করিগুম্বদা
তু-মাই অমে হুণ্ডাই-ইহৌদা,
মণ্ডলাম্নতা লৌশিন্দুনা,
শাগৎতুনা মণ্ডলাম্নতা, ওইনমক,
ফাউরহুনা থৌওং অমমম
লাপ্নতা. য়েংহুনা,
'কুমৈমসে' য়েংনা থম্মোয়বু শন্দোকখি,
ঈরাপ্তুদ্‌না 'মিত্রংগী খোংচৎ অমদা'
থাউমৈগী ঈচেলসিদা,
অমম্বা নোংলৈনা মৈরবদা।

নারদনা য়োৗরক্লে মরুস্থানদা,
য়োৗরক্লে মণ্ডদম্না চাম্নবাগীনাক্তা,
কৃষ্ণনা চাংয়েংলি তোর্ব্বাম্দা ফমহুনা,
শন্দোক্লহুনা হুংজ্রেংশিংসি শিন্থ্‌ংনা
মালংগী ইপোমদা খোংদম্না
নারদ-নারদ-নারদ
মরী মরী মরী থোরকই
শাগৎলকই মথং মথং
মরুস্থান, মরুস্থান, মরুস্থান,

পূমকাউ কাউ মুঙাই মঙলাম্বা
মুংশি-হিনাউসে পায়রুনা
খম্মোয়দা চৈথেং পীরুনা
খোয়কই মথং মথং
খার্থদা, খার্থদা, খার্থদা,
অমম্বা খার্থদা,
অঙাম্বা খার্থমা' নৈচিনগা তুমথ্রবদা
মুমিং মুংবা মতম চংলক্কদ্না
খম্মোয়সে শামুক্তনা কাহৎখি,
তুংগীদমক কোঙাক নৈহোদা।

কনাগী ময়ালনো মমিবু ?
ইশাগী ইয়াললা ?
অতোপ্পগী ময়ালনা ?
লংশেকপা ওমদরে মুঙাইবশিংসে।
পূর্ণিমা থাবলবু মঙলাম্বগী মুখজদ্না,
আশাগী দালালবু থদ্গাইহ্নুনা,
অশেংবা তাইবংবু খীবদা,
খোংকাপ নৌয়া হন
আশাগী দালালনা কিহ্নুনা
মকুপ তাত্রিফাউবা, খুদমদা
থম্নবমু কৃষ্ণনা নায়দপু
হিয়াকপা অহুকাউ, মতুমচা
মুঙাই মঙলান শিংনা,
কায়নথংদা মতোমতা, কৃষ্ণগীনাক্তা
খুদমদা অনুম্না।

অহুবু য়াদেনে খুদমনা খুৎশাদা।

উপালশিংনা তোয়রি,
কুক্কিলনা 'কুহু, কুহু',
আশানা কৌরি খুৎলাম তোয়না
অশিংবা শাহুনা, লৌশিংবু শক্কদ্রনা,
অয়ুক্কী উশানা নোম্লি.........
চৎমিন্নসি, চৎমিন্নসি.........
কৌথোক্লি থো'বা খুদিংদা,
অহুগা উচেক-বায়ানা
ঈশৈগী তাম্বাবু তখিরি থমুংদা,
মাশিনা থমুংদা কুন্দগী পরেং
লেংহুনা থোগল্লি 'চান্নবা অহুত্তবু'
সুঙাই মঙলান্দা,
কয়া কয়ানা মীতমহুনা,
মীচৈহুদা অসুম তুংইনখি।

⁂⁂⁂

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ৫

অহুবু খোশাবীত্রবা শণ্ড অমা,
খোংগাউবীরবা মঙলান, মঙলান,
লৈপুং ৱারীগী মনাম্বা,
লৈচিলগী খোংচম্বা,
শাশিবা থোক্ত্রবসে লংশেকপীরবদা,
পুন্নবা কাউশিংলক্কুগী,
চেল্লাচানা নিঙমদনা, উপায় লৈতবা
উমংগী মন্দিরদা পুহনা
ওইসন্নু শৈদম্বীবা শোয়দনা,
মরমদি থাজবা তন্নি ঙসিন্নু
মাঙপ্রবা কয়াগীলক্কা,
ৱারেপ্নি অম্নুম্না,
কোমফুসিদা,
থবাক থম্না লৈরোল চনপ্রবন্নু
অচুম্বা শক্তমদা আলকাট্রা তৈপ্রবন্নু
উশা উশাদা তোংলম্বা চেল্লাশিংনা
মিংশেল অসিগী মিংলেন্দা
মুঙাই মঙলান্দা লুপ্তনা।

অন্নুম্না থংহৌদা।

লীৎথোক লীৎশিন 'তৌরিবা 'থাউমৈনা'
লমশেম্বীগী খোঙং লৌত্তনা অমুম্না
দুর্গ অসিগী মন্নুংদা
'শজিবু নোংজিকী' খোগল লাংগলদা

খংহৌদে মতমসে,
লৈৎথোক লৈংশিন খুৎশাশিংসিদগী,
ঙাপ্রুমগী মশক্তা,
ঈশিংগী মমি তমহুনা,
লৈচিন ওইর য়াথলদা,
শাইদাংতদা শংফানবা অতিয়াদা
খংহৌদে হৌখিবা,
লাকপগা কোংম্ননা,
ঙায়বগা শাগোম্না, লৈচিলনা করিগুম্বমবু
নোঙ্‌জোবাগী শৈহেক্তা লুপ্তুনা,
তুরেলগী ঈচেলদা তাউহনা,
লাংথরে শৈহেক লৈশিং লৈশিং
হায়বদা, কৈদা থুংলুনি……
মালংনতা থুদম ওইরিবা
খুৎশাদতা ফাগে লাক্লরিবা
ওইনমক, শাহমতা ফংখি,
লৈহৌখি অহাংবদা, শুক্তদা তাহনা,
অর্থ অমদং থীবদা,
চৎখি……চৎখি……অমুম চৎ
মসিমা খল্লি, মহুমু ওইরমদে,
শাম্ববুংগী গোলদা ঙাউহুনা
ফ্রটবলগী লাম্বুংদা থাজকুবা
অহুবু,
অর্থ পুম্নমক মাংখি,
তাবকী ইরৈদা,
শাশিমদা লৈমবা যুম্ফমসিদা,

শাশিন্দুনা হৌখিবা কৈরাশিংসে
হায়হুনম্মু, শম্মকসিদা,
ভাউথয়ক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
শজিবুগী নোংজুদা চোৎলবা ময়োনশিং,
শুক্রাচার্য্যগী থুংনা অম্মুম লাম্লকই,
শজিবনিগী চকৈসে হৈহুনা,
শাম্নরি,
খোংদম্ন 'মহুদা',
তিল্লরি,
থাজহল্লি ঈরৈ অমতংনা,
পম্বৈং ওইরবোই নিংহল্লি
লম্পাক অসিদা,
'নোংজু অহুগী' মীকুপ্তা
লৈপুং ৱারীদা নোক্লি হৌনা হৌনা
মৈথুগীলক্তা লৈচিম্বু থুম্বা ওই
লীৎখোক লীৎশিন ভোয়িবা থাউমৈনা
থুংশাশিংসিদগী,
থুহুংবু লীহুনা,
তাপ্রৈমগী মশক্তা,
মাংবতা ওইহুনা,
ঈশিংগী মমি ভমহুনা,
শক্তিগী ৱাংমবু উত্তুনা।

ওইরম্বে মায়রমদবা······

নংগী, নংগী,
ঐগী, ঐগী,

মাগী, মাগী.
ফল তিম্নদবমক্তদা
নোংমা মিতম্নখি
'অঙকপা' অমসুং 'সমত্রু কুটিনা'......
চাংজোন অমম্বদা......

মীকুপ অমদংহুগা সিন্দুরশিংসে
চেম্বখি ভত্তনা,
হায়বদা,
নোংজুগী মচুদি ?

ব্রাহংনতা পোথ্বালহল্লি থম্মোয়বু
খোংনাংগী মন্ত শেম্নহুনা;
'পাপেট জোদা' থবায় হাপখি,
মতমসু অসুম ভাশিনখি।

চিংনবসু ভত্তনা হেজিম্লকই
অথক অয়াকলকসিদা।

অসুম্না ব্রাম্হরম্মী থৈদোক্কদ্না মহুদগী।
কৈদা পাইরিবনো ?
কো শংবাইদো কৈদনো ?
চেবাংদা ভারম্মী শক্তম অমদি
থম্মোয়গী লায়ুমদা চুহুনা,
কিটসকী গ্রেসিয়ান আর্ন ওই
"অচুম্বনা কজবনি", "কজবনা অচুম্বনি
শৈদমদা ভোংখি চেক্লাশিংনা,
সনাগী ইথক্লা ভত্তনা.

থাউমৈগী মক্লমদা
চংশিল্লি, চংশিল্লি তত্তনা
লেপ্পা লৈত্ত, লোয়বা নাইদা
ঈচেলনা পুক্কম্মী 'ফ়ুম অসে',
অওইবত্থগা খেম্নরবম্মু,
লৌনবা য়ারৗনত্তা "শক্কিক থাবাগুম" ।

※※※

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ৬

অহুবু লেপ্পদি উদে অমত্তম্মু ।
তথক তথকপী শক্কিক থাবানা
থম্মোয়সিদা গঙ্গা চেন্দুনা
থংলুগদবসে,
অওইবমক, পোকথাইগদৌরবা ম্যাগমাগী
নাক্তা ফিক্কি ফিনাসে লৈরম্মী,
কোয়না তাউথয়কপগা অঙৌবা :কাঙাশিংনা
অস্তুম্না, 'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
থম্বালগী চয়োংনা ইশন
শনথি, অহাংবা অত্তিয়া
থুহুম চনখিং, মীংলু অসিদা,
তাউথয়ক্লিবা অঙৌবা কাঙাশিংসে
লৈনমবু য়েম্নহুনা,

মিত্রংগী কাংশি' খোক্লেলদা
তাউথরক্লিনে অমুম্না অতৌবা কাঙাশিং
হুমিৎকী মশেক্তা, উফুল মরিক্তা,
তৌহুনা অমমম,
মশিং লাকওমদা
উপাল উপালদা চংহুনা,
লৈকা লৈকাদা থংগুৎনা
অমুম ওইখি জয়দেবতৌ
হাংলবা লমপাক্তা, হুংশাগী মৈশাদা,
ষম্বৌ ষন্নাউগী হুংশি মঙলান্দা,
শম্দোকখি কাঙাশিংসে,
লৈনমগী পাউজেল পুহুনা,
অমুম অমুম রাংথৎ,
রাখলনা পাইখৎ অতিয়াখেৎনা
কাঙাগী থুহং লৌহুনা
লাইর অনংনা লেংলুই
পরেং, পরেং,
কাঙাগী পরেংগুম,
লমপাক অহুদা খোক্তুনা
আশাগী মৈরা চুহুনা।

অমুম্না ওইররে,
লৈতরে গুসিদি অমুম্না
খোম্বাংহু মমথরে,
'জল' হায়বনা নাপদা
মীৎলুগী পীরাংবু য়াকাইবা
থংদনা তাউবা অমম্বা মরক্তো

চৎখয়ে,

এ্রং, এ্রং, নোংহৌগী মপৈনা
ত্তনা হৌরক, অচুম্বগী চাংয়েংদা,
নোঙ্গৌবীগী খোম্থাংদা লৈবা
য়াত্রছনা, শিঘা খদ্ংনা
কাচিন কোয়া থুদিংদা,
ত্তেনয়া-চেক্লাগী পাউজেলসে
তায়রি অম্মুয়া অহিংগী লিক্লালক্তা,
থুৎ অসিনত্তা মায় মায়ছনা
দৃশ্য অসিদা,
কোম্নুংগী মকুপ তাথ্রবা, কিম্থ্রবা,
ফুরাদলালশিংসে ত্তেলজা ওইনা
থুৎপাইনা শায়রৈ অঙাংগুম,
নত্তে, নত্তে শক্তমদি অম্মুম ওইরকই,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউছনা,
অমমা নোংলৈনা ফংমদা',
তাউথরকপা অঙৌবা কাঙাশিংসে।

চংশিষ্বত্তা, চংশিষ্বত্তা,
মমখি অমমম ওইনা
ওইছুনম্মু,
ত্তথক ত্তথকপী থবানমিচাকশিংনা
থম্মোয় থম্মোয়দা খোংদোয়রি,
লমপাক অসিদা লাউরি,
'উরু, উরু', 'ওয়ং, ওয়ং',
'কুহু, কুহু'

উরু অমবু থীবদা,
লৈয়োলহুদা চংহুনা,
উফুল মরিক্কী অহাংবসিদা
পীবুকসিতবু নৈহৎলহুনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
মকমসিদা, খুদমশিংগী,
থুংলবগা থাউমৈদো,
অঙকপ, তমহুনা
থাউমৈগী আকর্ষন্দা মীৎচানৈ খুদিংমক ।
অম্সুম্না হৌখি,
কয়া, কয়া, কয়া,
মরী, মরী, মরী,
তৌহুনা,
চাংযেং, চাংয়েং, চাংয়েং,
খুদমশিংগীদমক্তা,
খুদমনতা সাক্ষী অমমম ওইহুনা
ভাগ্যচন্দ্রগী খোঙ্গ্লগুম হুংপাকথক্তা
শক্তিগী চাংয়েংদা,
তাইবংগী তমপাক্তা ।
অম্সুম্না লোয়প্রবনি ।
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা
তাউথরকপতনি কাঙাখিংসে……

বৃন্দাসু ঙাময়ে হুংশিবী কুঞ্জবনসিদা,
থুম্বা বত্তি পায়হুনা,
আশাগী পামেলদা তোংহুনা
কুকিলনা পাইরি,

মুংশিগী তর্পন কত্তুনা,
থাজবা অমসুং ভক্তিগী যুমকমদা
অসুম্না ক্-য়ানা ঙাম্লরে।

অদুবু, লৈবা য়াদে কৈদসু,
চিঙ্‌খানগী যাহৈনা করিবু ওইরিবা,
খঙদা থোক্তা,
অসুমৃত্তা লৈহৌই,
তোর্ব্বানগী মুংক্লেংগুম,
ইরোইনা,
ময়ীল লোথোকপ্রবা থয়োই ওই,
কৈদা ওইরিবা থোক্ত।

'খুদমশিংনত্তা' ওইরি থবায়গী কেপ্টেইন।

'মথোয়শিংহুনা' পুবিরি খুৎপায়হুনা
মীৎত্তাংলবা যাত্রিকপু,
শকথঙদবা 'মথোয়শিংহুনা'—
থৌনাগী, কথোকপগী অমসুং অপেম্বগী
'হিনাউশিংহুনা' তোয়রি,
করিগুম্বমবু তম্না ঈচেলসিদা।

গঙ্গাযমুনাগী ঈচেলদা,
সমত্রুগী ইথক্তা শাম্রহুনা,
লৈরাং লৈকাদা লৈনম্না
মন্দিরগী মঙলান্দা শাম্রহুনা,
লৈরিবা ঋতুগী
অসুম্না তাউথরক্লি
অঙৌবা কাঙাশিং.........

লঙবিরি কৈনবো 'লনশিংবু',
'অমাঙশিংবু' খৌবিরি, পুন্সুনা
ঈচেল অসিনা,
পম্বুং অমত্তদা,
'তাইবংদগী মঙদা, মঙদগী তাইবংদা',
নোঙ্গৌবী খবায়গী মৈরীনা
অসুম্না লেঙলিদো
'কাংশিগী খোংচৎকুম'।

※※※

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ৭

পায়খ্রে খুদংক খুবাক্রংহুদা।

চাবিত্তবু কোয়থা থৌজে,

থাম থারগা মাঙদত্তা তারৈ
উপু পারং, ওইরবা অসুম্না
আত্তয়াদা য়েংলুই
অঙৌবা কাঙাগী পারংশিংবু
লেংখি অসুম লমজায় থম্না,
কুন্দগী লৈশাংকুম তাইবংদা
ওইরিবা, নোংলৈ নুংশিৎনা 'উরু, উরু'
অসুম চংশিনখি, অসুম চংশিনখি,
ইপোম্না চিংশিল পুক্রিংগী

ইরৈবু, ভাউনা,
মীকোসিদা থাঙমদা
উপুগী পরেংলক্তা।

লৈগ্রবদা শোদি, নোংলৈগী ইথক্তা
নকশিঘমথৈ অন্থুম লাপথোক,
লেপ্তুদনা লৈহৌই গতি লৈত্রবা
চেক্লানা উকৈসিদা নপ্তুদনা
নোংলৈগী চৈথেংদা,
থাপ্লা ভাঘা থাউমৈদু নীতানা,
ভৌরিবা মভৌসে,
শিবভনা মনাৎ ওইররে চেক্লাগী,
ওইরবম্ভ সেলীনা
ফজবলকসিদা,
স্কাইলার্ক্‌কা চৎমিন্নখিবা লমদমতুদা,
চেক্লাদি ভমদরে,
উকৈসিদভা লৈরম্মী ওইহনা,
শিরবা ওইনা তাহনা,
লল্লোঘগী থুদোল কয়ালক্তা
চাউবগী 'থাদোই চেক্লাবু' নমথাঙ
ভৌবিহনা, মরমদ
হুবিম্না উখিদে 'থাদোই চেক্লাদো',
থৈদোকপীরবদা হুঙাই-অভিয়ানা
লম্নাঘনি থন্না,
অওইবা তাঘদা
ইকাইবা ফংখি চেক্লাচানা

থাদোই, থাদোই, পী-থাদোই,
সুর পান্দুনা শৈহেক অত্তুদা
ক্লোরোফোর্ম মহী' হাপ্লকপা
প্লেট থুদিংদা, চাকথুম চাকথুমদা
চংহুনা, ত্রাগসকী ময়াইনা
কাউথিবা মালংগী ইপোমদা
থোইদিং পোৎমা অমমমত্তা ওইনা
থুম্বা তমহনা,
বাখলগী লৈনাসে ফংহুনা
চেক্লানা উকৈকপিদা নপথিবনি ।

অহুবু অমম্বা থীদনা, অঙাম্বা থীদনা,
'উরু, উরু' নোংলৈনা
অম্তুমত্তা পুক্লিংগী লায়ুমদা,
লম্বী চৎপনা, লম্বী চৎপনা,
মথং মথং থীবদা,
খোঙ্গুল অমদং
ইত্তৎতত্তবগীথক্তা, সাক্ষী অমদং
থৌশিন্নদা, চেক্লাদি নপুন্না
লৈহৌথি উকৈক্সিদা,
নোংলৈনা পীরবদা চৈথেং,
নোংলৈনা পীরবদা শুক্ষৎয়াই,
অচাকপা মৈচমগুম থম্মোয়দা ফুমহনা
মীৎলুগী পীরাংস্নু লৈবাকা মান্নথি
থুদক্তা ।

অহনা ঐগী পীবুকসে,
চেক্লাদা থুৎশিনৈ থুদিংমক ।

অছুবু চেক্লাদি ওইরম্মে থুদম অমা
অমম্বগী,
অম্নুমৃত্তা কাউনবা, অম্নুমৃত্তা শিংনবা,
অমম্বা নত্তনা থৌনা থোক্তা;
অত্তাষত্তনা ত্তিলহন্নে ত্তন্যদা
দধিচিগুম থাংপোক্কী থোংবাদা ফমহুনা,
ত্তমগী থুদম ওইনত্তা।

অছুননি চোংথোরকইবা,
স্বর্গ, মর্ত্ত, পাত্তাল,
মথং মথং, লোইনাইদা চেইনগুম
চেক্লাবু থুহুনা,
শরংসিদা থূহুনা
চেক্লানা নপথি উকৈসিদা,
চংজকম থীবদা, অম্নুম থীবদা,
'দধিচিদো' লৈরমগনি মত্তলান্দা
'হুমিৎকী মত্তালনা' থাংপোক্তা ত্তান্দুনা,
চেক্লানা নপথি উকৈসিদা,
নোংলৈন্থু লেপ্তুনা ওইরি।

অছুবু ওইনমক,
ত্তাউথরক্লি অত্তোবা কাত্তাশিং·····
'মৈথুগী ইপোমদা ত্তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
শক্তুনা বাশকপু,
মত্তোমত্তা ওইরকপা, মত্তোমত্তা চাউরকপা
বাশক্কী মশক্তা,

য়াশক্কী ফম্বালদা লুহুপ উপ্লিথি
চেক্লাবু উকৈদা,
মহৌশা লাইরেম্বীগী শোথেকসে
অম্বুম্না ভাল চানা

কাংশিনা খিংলি, লৈরাংশিংবু করেম্নি,
য়াকাইরনি আপাদা তীর্থসিদা,
করিগুম্বা অমথক......,
সিরিসে চন্দুনা......

অম্বুম্না, মুমথোং খুদিংদা লৈরাং চয়োং
উত্তৎনভা হৌথি নোংলৈনা;
কপ্তুৎনভা লৈহৌবনি শকুন্তলা অদো,
কপ্তুৎনভা লৈহৌবনি নিঙমদা মৈশাদা
শুম্লৎনা খাংহৌবনি খুজংগী ইমাশিং,
ওহক্তং লোইবদি লৈভবা।

অহুবু চেক্লানা হেম্লোকপা ওমদরে
উকৈসিদগী, মুঙাইবা ভমহুনা,
ইনাক্তা খোংনাংনা কালেনগী মুংশাদা,
ভেংবাম্বগী ভমপাকসে,
পাক্লবা লবুক লম্মাংগী কুমৈদা,
থাউমৈসিনা লক্লরি অম্বুম্না
লাপ্পা লাপ্পা,
চেক্লানা উকৈদা, মীৎয়েংবু থাপ্পা।

***

## অহিংগী থাউমৈ : ৮

মত্রগী ইলোইবা হেলোইগী মপৈ
মপৈনা পাইশিল্লি, ইরৈ অত্থগী
চাংজৌবু শক শোন্দুনা,
তম্বনা তোয়রি অঙাং নয়াগুন
মমাগী তমপাক্তা,
মৈয়া পায়র পায়রহুনা ফুজিল্লি,
পাৎয়াদা খোঙ্গাং তোয়রি,
ঙাকাবাশিংগী মীৎতা তম্বনবু থাদহুনা,
তাইবং মীয়োল্লি হায়হুনা
ওয়োক্পা চানদা মখোলত্তা তাহুনা,
'যম্বীগা' 'য়েমাউগা' য়ৈনবগুম ওই,
'অহাংবা লৈখিসিমক' শোয়দনা
নোংমদি শমজিল্লনি থাজনা,
সুংশিবা য়াৎত্রবা লমদমসিদা,
থম্বাল লৈকাগীলক্তা,
সুংশিবা লৈনম্না থম্মোয়সে হাহুনা,
ইচা চাথরে লাইয়েন মতুং ঙাগুম
মুক্সবা মীৎয়েং অমদা,
জ্ঞানগী পাখৈনি থন্দুনা
হেনক্কদনা, শখিনা হেন্ক্কদনা,
হায়বগুম বিশ্বামিত্রনা থাদোকপা য়াদে লম্বীসিদা,
তায়হুনা লাম্বানা য়োম্লবা চাংজৌদা।

লাল্লবন্সু মেনকা,
মীকুপকী মুণ্ডাইবদা,
লীল্লাগী মরিক্তা মাংজথিনি অমুম,
নিঙমদবা মথৈসে পুন্থনা,
অমম্বা কাংভ়াগাড়সিদা,
বন্দিশিংগী চিম্বাংদা।
থাজগী মায়থোংদা মৈথু অমমুং
অয়ুকী লীল্লা মরীক্তা
ত্তোংলম্বা চেল্লাশিংসে,
মেনকা অহুগী জগোই শাথেল্লা
তাইবং শিম্বা থুংবগী ৱারীদো
থানবা য়াত্রবা লীল্লাদো মালংদগী।

অহুবু শাথপ্‌ তুদি ত্তোয়রি,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
পুমহনা লৈরাংগী য়েন্দাইসে,
লৈজসমু মভাগুম,
অর্থ, অর্থ, অর্থ,
ৱাইগী মকুপকুম,
চময়রবা চেক্লানা,
লখী চৎপগী মৈচাক্তা অমুম্না,
মঙদম্বা নত্তনা পাম্বৈ লৈথিদে,
অয়ুকী পোমশাৎনবী লৈপাকলৈগুম,
শৈহেক অহুত্তং লাংহুনা,
যন্ত্রশিংগী শৈদমদা তাহুনা,
শয়ং অমত্তংদা,

বাহ্ বাহ্না, শিহ্বা অমত্তদা
ওইনমক, লেংঙিল্লবা মহৌশাসে
হঙিন হঙিন,
ওল্হোক ওনশিন, ওল্হোক ওনশিন,
লৈতেম অমত্তদা,
মহৌশাসে থাংলমগনিকো,
তঙাইফদবা ওইবলা।

লোইনাহ্রদে নোংথক্তী নোংথাংনু,
বিশ্বামিত্রগী লৈরিক্লদা,
ওকপা ওমহৌদে মঙাল অচুত্তং
মালংগী মথাদা অদুম ভিনথি,
কনানা ওকপীরিবা মঙালনো
থংদে মচুদি,
মালংগী মথানা সাক্তৌনি,
পাম্মুইদা, পাম্মুইদা,
মঙাল মঙালসে,
অতিয়া শিনথিবা নোংলৈসে,
নংগী নত্তে হায়না চৎথিবা,
থৌশাবীরমদা লানথিবা,
পুক্লিংগী তীর্থবু থাদোক্লম
কৈদা পাংথিবা,
লৌনিংই তত্তনা।

উপাল হৈপালনা শিহ্রি য়েন্নৌ-ইয়া,
ময়ী-মমাউনা থোংলি
কায়নবগী ভেংথাদা,

নাহেবগী খোঞ্জেলনা ইনিন নিনম্রে,
লম্বীনি খন্না চুথৎলুবা
মৈরা কয়ানা নিংবা কায়বগী খোম্বাংদা,
কুকিলগীনা নাহেখোলদা,
পম্মোয় অসি পুঙম.দ,
তোরৈ অহুভংগী মাকোদা,
করিগুম্বা অমা বাংপগুম্মতা তৌই,
মপাং কায়নরবা চেক্লাগী মশক্কি,
তাইবংগী মংশেলদা তাম্নিবসে।

অহুবু তাউথবক্তি অচৌবা কাঙাশিং……
"মৈপুগী চেংশোনদা তাউজন্না,
অমম্বা নোংমৈনা কংবদা",
থোয়রকলি অরুনি লৌরী ওইনা
গুরুগী লৌবুক্তা, ঈশিংবু থক্তুনা
থোরকৃলি থুংলাই পায়রা লৌমীশিং,
হুংশাগী মৈশাদা যন্ত্রবু শিন্দুনা,
শেকপীশিংনা শান্নরি অহিং অসিদা
'মীকৌ অমদা' থাঙমদা,
কায়রবা হুংগ্রাই চেকাইলক্তা।
তাজমহলগী দৃশ্যনম্বু অম্থম পুক্মথি,
কালীদাসকী মেঘদূততা তোংজন,,
অহুবু খাদবিরম্মী, কিন্নরবা কুরাগী
হুংগ্রেং চেকাইশিংলক্তদা।

অহুবু যন্ত্রশিংনা ওক্তখি কৈদা?

বরিষানা লেপখিদে কৈদন্নু।
শান্নরৈ যন্ত্রশিংন্নু নিংতম্না,
উরক বারক মাংথ্রবসিদা:
শিরোইলৌলিলক্তা মোনুমেন্টসি শাহুনা,
মীনোক পৌরাংহুবু মনিনা থাম,
অন্নুম্না ওইরি তন্তুনা।

অন্নুম্না, হন্না হন্না,
"মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা",
শেন্দুনা লৈপাকলৈগী চরোংসে,
কুন্তৌগী থুন্তগা লোহুনা,
হুরান্দুনা মন্দির অতুদগী,
পাউজেল্লি চেবাং অমদগী
চেবাং অমদা,
বিন্দু অমদগী চিংথোরকখিবা
লৈয়িশিংসে, মশাং লাকতমত্রবা।
অতুবু কারগীনো খংদে,
লৈরাং চরোংনা লাউরক্লি:
"তম্নরোই লৈশাং",
"চৎলরোই লম্বীসিদা",
ওইনমক, নিংশিং শাথপতি লেগুল্লি,
যন্ত্রশিংগী ইল্লিন্তা,
মীৎলুগী পৌরাংসে ইহৌনা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',

মমানা কোঁৈ মচাবু……

মালেমগী তমপাক্তা,

চেহ্নি ভুয়েলগী ঈচেলনা,

খাদোকপা ওমদা,

থাইনগী কোন্সিলশিংনসু শৈদম্রি নাপদা।

***

## অহিংগী থাউমৈ : ৯

গ্রেট ট্রিট্রেয়েজলদা, মতোমন্তা তাংহনা,

তাউথয়ব্রি অতৌবা কাওশিং,

'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,

অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',

মরু য়াউদবা ঊপা ওই,

চুমতা ওইয়রি অপাইবা উপুগুম।

সেবাবু চংবদা,

'কোন্সিল' কয়াগী মতেংনা,

জগোইগী থুপেক্তা তাক্রক,

মীৎম্না থবালগী শায়েক্তা,

আর্টিষ্টকী থুংশাশিং, অহুগা

বিন্দু অমদা থোংনাং শেমহনা,

মালংগী মচুবু তমহনা,

অওবমথৈ চংশিল্লবনি;

গ্রেট ট্রিয়েজলগী যাত্রাদা,

মহাক্লা অম্পুম চিংশিবত্তনা,
অম্পুম্না ভাউথরক্লি কাঙাশিংন্নু।
কম্নিগীনো খংদে,
অঙকপা বাহন অমগীদমক
শক্তুম অমদং খীবা খোংদোইরক্লি
অঙোবা কাঙাশিং, ওইনমক
পাউথুম ভাবদা ক্লাহংনা অম্পুম
হেনগৎলক, অম্নম হেনগৎলক;
পাউথুমনি খল্লম্বহ্ ক্লাহং ওইরকই,
কম্নিগীনো খংদে,
খোপসিদা শাফুম্ভুনা।

ঋষিনা লেপ্লম্মী 'ব্লাথোকপনা' পুন্সিনি,
বিজ্ঞান্না ভাক্লি 'মুঙাইবা লম্বী',
অম্পুম খীজিবদা প্রকৃতিগী লনচৈগেসে,
অমমমত্তা ওইনা অঙাংনা
ভুংছুম লংবগুম ইশিংদা,
শায়েকশিংনা মথে লাংলি,
চোকথবা তাইবংগী হৌনশা,
চোকথবা মীকুপ্তা ঙহাক্তং,
স্বয়দা য়াউরক্লবম্নু উৎকী মপৈবু মীতম্ন:,
কদায়দা চৎখি, লোয়দরি খোঙ্গুলদি,
ওইনমক লেপ্তুনা ভাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউত্থনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'।
অহুবু খ্রকৎপদি ওইরি,

মসিগী মরিসি,
ঐঙোন্দা শম্নবিন্ন হায়বদা,
মরমদি ঐদি থঙজদে কৈন্দু।
মীৎয়েংতা ওইনা হায়বৈ
অহাঘদা, লৈরম্বদো মৌবা অমতং,
অতুদগী তাউথরকইবা মৌরা লীশিং লীশিং
'খোংনাং অসিদা;
থাংকম থংত্রবা উশা অমনা ফাউথিবা
অতুদগী, ঐগী মঙলাম্না
করম্না থাদোক্কনি মরিসি হায়বদা,
কোম্রনা সুংশিবা লৈনম্না
শল্লবা লৈকোলসিদা
ষর হোবা হায়বমক
থাদোকপা ওমদে, ঐগী মঙলান্দা,
বেক্তেরিয়ানা পাইরবা লৈকোলদা।
অন্নুম্না থাউমৈসে,
গ্রেট ট্রিয়েঙ্গলগী হন্নাসে,
মাঙদত্তা লৈরবদা চথৎপা থুদিং,
মতুঙগী আশাদা,
মফমদি থংদা,
নোংজুগী তয়ুক্তো পাম্বৈ লৈত্রবা চেক্লানা
চান্নরুই চিঘান চিঘান চুপ্তুনা,
কাংসিসি থিংহুনা,
তাইবংগী লীলা শাগত্তুনা।

য়েন্নিংনা লৈরবনু প্রকৃতিগী লনথৈগেদা,
করিনু উথিদে,
মখোয়না থৌবা কাংখোংদা,
কাউবদি লেপত্রবনু অয়া হুণ্ডাই
থারোদা, অওইবা তাহনা
খুহুংতা ইঘতা,
লেপচবা শুমত্রবা উয়োনা,
অচৌবা পালেমদা তাংহনা,
শুমগী থয়ায় অসিগী মিংলেন্দা
মন্ত্রতা শোন্দুনা "তান্ত্রিকী লমদমদো"
চিঙান্দা থমহনা,
খোংচৎপশিংগী খুহুং লৌহনা,
চৎথৎলি লেপ্তনা,
মণ্ডলান্দা অহুম্না,
অগাষ্ট মুনিনা হিমালয় চৌংশাং
লানথিবা অহুম্না, ইমথিবা মচা ওই,
অহুম চৎলি, অহুম চৎলি।
য়োৎচাবীগী লমপাকসিদা,
অহুম্বা খোংচৎসে,
চৎপা কংবা লাইথক ফবনি,
ওইনিংবা ওইসনু,
খুহুং ইঘতা লেপপ্রয়োই,
হুণ্ডাইবা হুংলিকসি থম্বোকপদা,
য়োৎচাবীনা পুবা লমদমদা
অহুম্না, অমম্বা নোংলৈনা কংবদা,
তাউথয়ক্লি অঙৌবা কাণ্ডাশিংনু,
শুমগী হিংবগী মিংলেন্দা দগুবু কংহনা

অওইবমক, অময়োমদা
মীয়াম্না ঙাংনবা হায়শিন্বা ঙাক্তানি,
হায়বমক, মত্তমনা তাক্লকপা ঙায়বদা
চোকথয়ে পীবুকসে।
ঙায়হুনা কায়ত্রে অম্‌মুম্না,
চংশিন্নগী লৌচিংদা
লৈখোকপা য়াত্রে ভুমিন্না,
খম্মোয়গী ধ্বনিদা, লেমজবী
খোম্হাংদা চৎচবা মীপোক্তা
কারাব, মৈত্তানবু য়েংহুনা
লেম্বা ঙমজত্রে কৈদম্মু,
খম্মোয়গী 'ধ্বনিনা য়াত্রে,
চৎসি, চৎসি, হায়রি মখোয়গা
চান্নমা,
লাইরবী খাংপোকসে থাদোকলি হায়রি,'
খাংপোক্কী পীরাংদা তাউরম্বী চেক্লানা,
হৈমূন কারবা হৈরাংদা তোংলুসি
কৌখোক্লি, খম্মোয়ী ধ্বনিদা
অম্মুম চৎ, অম্মুম চৎ,
ওইহুনম্মু হকচাংনা খাংপোক্তা তাহুনা
লৈরম্বা, অওইবহুদি মীভাব্রিবা
ওইবনা।

অহবু নিংহন্নবা চুমদে।
চাংয়েংলি ঙসিম্মু,
অর্থ লৈত্রবা মপোক্তা,

হৈৱাং চাৱগা হনখিসি
হায়বদা, গ্রেট ব্রিরেজলগী সাক্ষীদা,
মিত্রংগী গ্রাসসিদা।
অদুম্না, তাউথরক্লি অতোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
চুমিদাংবাই চুঙাইবা য়িক্লেম্বা
মচু ভরেংকী মথক্তা,
অদুম্না চেক্লানা,
লৌবুক লম্মাংসিদা,
থাজবগী মৈরীদা চীংশন্দুনা,
পুরমক ওক্নুনা থাউমৈগী মরুমদা,
থাজবতনা চুখি,
থম্মোয়গী লেপকমদা,
চাক্তারুই খোইদাবা ওইবা
অমিগীদমক, থরারসে কংচহুনা
প্রকৃতিগী মীংলেন্দা।



## অহিংগী থাউমৈ : ১০

কাঙাগী চেম্বকম লৌবুক লম্মাংসে,
করিগুম্বা মী'থয়েংদগী মুৎথ্রবম্বু,
ঙাম, ঙ ম, ঙাম্নাগী খোঞ্জেলদি
লাইবিক্কী লৈমাযদা লৈম্নিবা মতুঙ্‌বু
তম্না, .চপী লৈরাংলকী নুঙাই মঙলাম্দা,
চেগী 'হি তোংহুনা ঈচেলসিদা.
নোংলৈ নুংশিৎলক্কো,
তোর্বান্দুদা শোয়দনা ঙাযরিগনি,
মঙ্গলগী আহুতি কত্তুনা
তরং মাল'দা,
তরং মাল'গী কোমুংসিদা,
পঙজবা নত্তনা উপায় লৈত্র লমজংসিদা,
থাজবতনা ঃশকক ওই,
অম্মুম্না অঙকলাই চুহুনা শায়েকসিদা।

অহুবু তরং মালংগী কোমুংসিদা,
পোৎশক্না তম্নি মাংথগী বিদ্যা;
অহুগা, খ'উমৈগা মৈরাদি মৈরী
হেম্না হেম্না চাকথৎলকই,
নোংলৈনা ফংবদা,
অমম্বদা ঙাহুনা
নুমিৎকী শারকোয়োমদা তিথগী
নুঙাইবদা, ও! .মৈবীগী পুন্সি!
চুহুনা বিদ্যাদো থম্মোযদা,

মহগী মথাদা,
বগী পাৈম্বহুতা থম্মোয়দা চুহুনা,
মক্রুদি লৈথরে, হায়ৗনমু মথাদা
াকাশমু অমুমা,
ুমমক চনথরে মথাহুদা,
হায়হুনমু লৈজবা খিবিক ।
লৈজবা খিবিকলক্ত্দা করিবু"চিথহৌরি,
অথাপ্পা ভোর্ব্বাম্দদা কমহুনা মীতম,
মিংচত্তং ফংলদি মুঙাইনি মঙদয়,
টেকনিক কয়া পুহুনা,
ইতিহাসকী পনথৈ শেম্বগী মঙদয়া
কম্লিবা মথোয়শিংহুনা, অশিংবা শাহুনা,
পোথাবা লৈত্ত ভোর্ব্বানসিদা,
লৈচল লৈচল শেমহুনা ।
লৈরাংবা কয়াগী লমজেলসে উবদা
কিজেনে ভম্বনা,
এভারেষ্ট চিংদোম্দা শাংপা
লৈরাংভবু মীহৌনা,
ময়ীগী মথং ময়ীনা থুমহুনা
উং-বাইনা মীংলুসে থুপচিনখি,
অমম্বগী আক্রমন্দা ।
অহুবু,
ভাউথরক্লি অঙোবা কাংলাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউহুনা,
অমম্বা মোংলৈনা ফংবদা',
মীকুপ্পুংগী ওইবা লৈরাংশিংগী

তাহাদা, শিনারৈ লৈকাদা,
লৈনরা হারবা অহিংছুদা',
লৈকাদা মোনথাংনা,
তরংদা থম্মোয়সে তাহুনা,
খোইমুগুম তাউনা লৈকাদা
লুপ্ত্রনা ইরৈসিদা,
তাউথয়ক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
অথংবনা হৌবা খোংচত্তা,
কনাগী 'থংদা লাংদা' থূরগদবা
শজিগুম হুঙাইরি,
তিংথৌ মতোনশিংসে উবদা,
শিক্লাদা হুমিৎকী তাঙ্ত্রবা মশেক
মঙালনা লৈরবদা।
অহুবু, থম্বুবা থুদিংগী তুজুংই,
লৌবুক লঙ্কাংগী মতোসে,
অহুগা, অকোয়বদা লৈরিবা,
থবানমিচাক মপৈসে লাখদা।
অনুমা মৈথুগী মপৈনা পুহনা
মীৎলুসিদা, চনৈননা, চনৈননা,
ইদোম তাউচৎনদ্রনা,
হুংগ্রাইলকসিদা য়াউরমদে,
কংবাদ তমজক্রে থুনুজবা,
অশেংবা পাউথুম অমদং।
চুমতা শাৎলকই থম্বালনা,
ইশন শন তরং মালংসে,
লৌবুক লঙ্কাংসে থুমদ্রদা,

কাঙাগী জগোইগা ইরোইনা,
বায়েপ, বায়েপকাদমকৃতা,
বাথ´সরাথ´না উখিবা, সুংগ্রাইলকসিদা :
থম্মোয় অচুবু সুংশিবগী :
খঙজবদি ঙমজদ্রে থাজবা নত্তনা;
অহ্ন খোৎপা খোকত্রবা,
ইচোই চোইরবা থম্মোয়না
পুরকপা ঙমজদ্রে অচুত্তং ।
চীন অসিদি পৈরবনি,
চোকথরবা চীন্‌বাননি বারীচু লীবদা,
লামায় কয়া হায়দোক্ত্‌না,
মথং, মথং,
চোকথরবা থম্মোয়নি,
এসিদতু থকপদা :
মত্তম লেম্বা হোৎনবদা,
অরাই অথুমগী হোলসিদা,
মাবুত্তদি ঙমহন্দরোই,
শিংনা হিনাউসে পায়হনা,
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
মৈবুল মৈবুল চমহনা,
হিংলিবসু চাংয়েংগীদমক্লি,
অতৈ কৈসু নত্তে,
পীরাংদা ইরোইনা কৌজবসু পেম্নবগীদমক্লি,
চীংহনা অসুম চৎপনি লীপুন অসিদা,
মীত্তোবু য়েংহনা, মীত্তোবু তমহনা
নিংশিং লৈমায়বু হায়দোক্ত্‌না,
থাউমৈগী মরমদা চীংহনা ।

অত্থবু থম্বালনৈকাসিদা,
অঙৌবা কাঙাগী জগোইদা,
করম্মা লানগনি সমক্রু অত্থমক হায়রবা,
অসিনা ঐগী থম্মোয়দা চাক্লিবসিনি ।
অম্মুমৃত্তা থুনখিনি নুংঙ্গ্রাইশিংসে,
'জয়ধ্বনিগী খোল্লাউদা' মঙম্মে খরা,
'কৌথুপ কৌরুম খোল্লাউদা' মতোম্মে খরা
মীৎলু পীরাংগী [illegible]দা,
তাউজরবম্তু অঙৌবা কাঙাশিং,
ওম্ফোক ওনশিন, ওম্ফোক ওনশিন,
লমদাগী মথংদা শজিবু :
মৈরী অসে চমদ্রনা ।
লোয়ননা চৎথি নৈপাল অমমম
থরায়নদি পামজবা ভমদ্রনা,
হয়ানুংশিংকা চান্নবদা নৈপাল নৈপালবু,
ঐগী মঙলানগী । অদুবু,
লাক্লি থাউমৈগী ঈচেলদি,
ঙসিম্তু চীংদ্রনা পুবিরি লীপুন অমদা,
থাউমৈগী মক্রুমদা চীংদ্রনা,
শেম্বীক্লিবা নৈকোলগী,
তোরৈ তোরে খুদিংনা চংলক্লি ।

✳✳✳

# অহিংসাগী থাউমৈ ঃ ১১

বসন্ত অয়ুক অমদা,
নাহেখোল অহু ভাবদা,
বসন্তগী খোম্লাং কাইহন,
মচা কায়নরবা যম্মবু লোয়ননা,
খোজাল অসি হাংদোকখি,
খুদোলপোৎ ওইনা ইথুম্বা শিন্নরম,
প্রকৃতিগী ভমপাক্তা কোক নোন্দুনা,
য়াহৎম্নু লৈতা মুসলিমসা,
য়াহৎম্নু লৈতা হিন্দুরা,
য়াহৎম্নু লৈতা খৃষ্টানরা,
খুদোলপোৎহুনভা মক্ক ওইররে,
ভাইশন্বা অমমম চংবন
মীকুপ মীকুপকী,
অঙৌবা কাঙাশিংনা ভাউথরকপগা
লোয়ননা, মীকুপ মীকুপকী
য়াহৎহুভা লাকই ঃ
গৌতমবু থাম্বদা ওমখি কনানা ?
কলম্বাসপু কনানা থাম্বা ওমখি
লম্বীহুদা, নীল আর্মষ্ট্রংবু লম্বীহুদা,
নত্রগা ভাউদবা ওমখিদে আইনষ্টাইনবু
মশাগী লম্বীদা,
পাৎয়াইসিদা কাঙানা শান্নবগুম,
থম্বাল লৈকালক্তা,

জাংসনগী ফজবা মগুলাম্দা,
মতোমতা পাইজরকনি চেল্লাশিংসে,
মতোমতা শামরম্বনি পাংল্লাইসিদা,
অখৌবগী ইগাইসিদা,
পাম্বৈবু পায়দনুনা,
তত্তনা ত্তোয়রি'
'মৈথুগী ইপোমদা তাউত্নুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা'
পুন্নমক ওই, পুন্নমক মাং,
কুফেং কাফেং তন্দনগুম ।

অথাম্বা থাউমৈদনুতপানি, নিঙমত্রিবসে,
লৌবুক লম্ফাংগী মৈচাক্তা ।
ওইজসনু, ওইজসনু,
পঙওইতা ওইজসনু;
অঙৌবা কাঙাশিংসু তাউথরক্লি,
পাইশিল্লি লেপ্তুনা,
উমংনা শুক্লবা চীংদোন্দুনা,
ঐগী মঙলানবু পহনা নোংমা,
মুসলিম সুপীগী মায়থুমকি শিংহুগীলক্তা,
লাইরিক্তী লামায়দা কারাম্লা,
প্রকৃতিগী তমপাক্তা কোক নোন্দুনা,
অথাম্বা থাউমৈনা ঐবু কয়েমহনা,
আরব সভ্যতাগী লৈমায়বু
নাক্তা চিংহনা নোংমা,
বসন্তগী অয়ুক অমদা,

সেলোগী স্বাইলার্ককুম শম্লোকথি,
থম্মোয় হনা, থাউমৈহুগী
শরৈদা, মীৎচাননা
খুদিংমকসে ঙংলথি নুংশিবা সুরবু
খিংহনা, শুক্ষ্মৎলবা ঐগী নাপদা,
স্বর্গনা কৌরথি খুৎলাম ভোয়না,
মৈরীহনা থর্মোয়দা,
থাঙমদা মৈচাক পীহনা, হেম্লোক্না
অসিদগী, হায়দোকপা খুদিংগী,
লমদম লমদমগী, মৈরী মৈরীনা,
অথাম্না থাউমৈনা সাক্নী ওই,
মঙাল অমত্তগী মথাদা,
ভোঙান ভোঙাম্বা কালচায়গী
লৈমায়শিংসে, মৈরী মৈরী ওই,
দেবালীগী কেন্দলশিংগী জগোই
খুথেকুম, থর্মোয়গী স্বর্গ শেমহনা

অম্রুম্না হায়নিঙাই লৈজদে;
ওইজসনু জাতি বিজাতি,
ওইনমক থাউমৈগী মীকোদা,
ভাম্নাগী ভাম্বাঙম,
সুর অহুভংগী মৈচাক্তা,
নুংশিবা মরিক অমত্তং পীবদা,
ইথৌলাংলবা খোনাউদা, ঈয়োইনা
ভাউথরক্তি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউহনা,

অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা' :
ইশাগীন্তা ওইবা পাম্বা,
ভোংগকীন্তা হিংবা,
নিশাগী তাইবংদা : ওইরব্রি
থোনাগী ইপাকসে,
মাংদা হিহোম্বা হৈন্তবগী,
থংদে কযানি তমখিনি,
মত্তম লেম্বা শাহুনা।
পুম্নমক তাউথরক্রি; পুম্নমক তাউথরক্রি,
থোংথাং থুদিংগী ফিনাশিংসে
তাইশিনন্তা তমহুনা,
মত্তম লেম্বদা,
কুহাগী হঙোইগুম
থাংখিনি নোংলৈ হুংশিংলক্তা।

অহুবু, দেবালীগী অহিংসিদা,
অমম্বু কোকহম্বা মৈরা অমমম,
চুহুনা অশোম্বগী পাম্বৈ ওই,
ভালি য়ুমপোং থুদিংদা,
লৈনমগী য়েম্নিংবু নিংশিং, নিংশিং,
মালংবা শক, নিংশিংবন্তা ওই,
কম্ননাগী লৈচিলনা,
শায়োনগী মশক তম,
ময়ুম য়োঙমদা মরুভূমিগী লৈমায়দা,
রাম্বনা তারবা বাত্রিরা,
নামিবা হুংশিন্তা ঈরোইবগুম,

কগী মাংদা কক্লাং থাবিহুনা
াকশেম্বীরি,
াংদ' চাক্লিবা দেবালীগী কেন্দলশিংনা,
তিহাসকী লৈমায় লৈমায়দা
াক্লিবা মৈঙালনা অমম্লুং
রোইহুনা মৈঙালদা,
ম্মোয়না নোক্লকই মীকুপমতুং,
াক্লবা লম্মাং অসিদা,
মেহাগী শান্নফমসিদা।
অহুবু শাগৎপা ঙমদ্রি ঙসিন্সু।

থোরাংনা লমজং অমতংহুদি,
পগী থাজবদগী:
থাজবদগী চেন্নরকপা ঈচেলদা,
থাজবা মাংখিবদা লোয়রগদবা
পৃথিবীগী থোংচৎসে, ঐগী
অঙলান্দা,
মরুভূমিগী লমজায়সিদা,
ঐবু ঙাউচৎনবদগী কন্বীরিবা,
কুদোরকপা ঙালনি থুবাক অসিদা,
ঐ হিংলি চায়বগী থুদমতা ওই।

❋❋❋

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ১২

শেংনা হায়রবদা হোসপিটাল ওই,
নাপ অসিদা,
করিনু য়াণ্ডে পূকৈসিদা,
অময় অঙাল অনিগী
মল্লা'প্লাই ওইবা লৈপুম্না
পুন্নিবমথৈ, পাক্কলগী মমিদা
করিনু য়াত্তা, নৈরাং খোইমুনা,
শুক্লহলাংগী লৈপুন্না থুম্ননা;
য়ুমথোং য়ুমথোং থুদিংদা
পানজেলবু থাদরি থাজবা ইপাক্তা,
অয়াং অপা নৈতে তাক্কনা,
যক্ষগী আলকাপুরিবু,
শায়োন তম নৈরাং নৈকাপক্তা
ভাউজবা পাম্বা থম্মোয়গী
নৈহেক নৈদমদা, মীকুপ্নঃ মাংহন্না,
শোয়দনা ওইরবনি করিগুম্বমদি,
নৈন্নুংশি নৈহাউগী, চাউজবা নমদমগী,
খোইমু খোইরাগী ইথক্তা তাউহনা ।

থংইনে থুং অসিনদি করিগুম্বা
অমদা, নৈত ওইরি হায়বা;
থুংপাই নাম্বোকপা মীকুপ্তা,
থংইনে মাংথিনি হায়বা,
সমক্র ইথক্তা নৈয়োন চন্দুনা,

অন্নাৎ অপা লৈত্তা,
শৈহেক শৈদমগী থৌজালনা
মাংখিবা মীকুপ্তা,
সুংশিবা লৈনমবু যক্কগুম কাড়াগারদা
য়োঙ্খিলং থাংখিবা মীকুপ্তা,
রাদবা গুমদে, কায়না মৈশা লাংহ্নুনা,
লৈকোল অসিবু থাঙমদা।
অচৌবু নোংহোৌদি লৈখিনিকো অতিয়াদা,
কোরৌগী থৌজালনা শিন্দুরিবমখৈ,
নেপোলিয়নগী খোল্লাউবু ইন্নাৎনা,
থম্মোয়গী বীনাসে তংহন্দা,
নোকখৈবগী খোল্লাউগা কোন্ননা,
হিয়াং তান্নহুনা ইয়ায় অসিদা,
গুপ্পগী মতম লেম্বগাদমক
থম্মোয়গী ঈকাপ্তা, লৈরাং লৈকালক্তা,
শৈহেক শৈদমহুদা বীনাসে চীংহুনা,
মমিং মান্নদা, ইয়াইদি অমত্তা,
থোইবা অমম্বুং বুদ্ধদেবসে ওইরবান :
অমনা যৌবনগী মচুদা,
অমনা সাধনাগী ইপোমদা,
ওইনমক থম্মোয়গী লৌপুন্দি,
ওইরহুনা : অনিংবা অমম্বুং অলুপ্পগী :
লম্বীদা, সুরছন্দনা থোজনা,
তান্নরি অথাপ্পা থাউমৈগী মাকোদা,
শেংলবী গঙ্গা চিংথোক্ক্‌না,
থাপ্প, থাপ্প কো,

মীৎলুনা অথাপ্পদা মীতম্বদা.
ফুটবলসি কাউহনা, ইনাক্তা,
শিংনবা তান্দুনা করাপশনগী লমজায়দা,
হিয়াং তাম্নহনা ইয়াইগী মীৎলেন্দা,
অকাউ নিংশিং অনিগী দম্বিমে পুন্দনা,

তানথরে যক্কগুম কাড়াগরদা।
অমরোমদা, নোংহৌনা অতিয়াদা
মনিং তম, ফজবা অমম্বুং মুংশিবা
কয়াবু লৈরাংগী ইরৈদা, তাহনা,
আক্রেমন তোবা তমহন',
পাউজেলগী মঙলান্দা, অতিয়াদা
কম্পনাগী থাজসে তাম্নবগা
কোম্না, মালেম লৈমগী তম্পাক্তা
লৈমা নিংথৌগী থোগল লাংগলনা,
ইশিন শিন্দোকখি।
অহবু ঙসিদি, চোংথোরক্লে
শাম্নবগী খোংগাউম্ব কাউথরে,
হিনাউ শাবা থোকত্রবা অহদা,
পঙথবা নত্তনা উপায় লৈতরে,
মমাগী মুংশিবা ফংত্রবা যম্নাউনা,
হিনাঙ্ক য়াউদবগুম রাজনীতিগী দশাদা
তাহদা, ।

মতমহুদা,
থাউমৈ থান্দ্‌না মন্দিরদা,
অমম অঙানগী তাইনফম

খুদিং খুদিংদা, ওইরকখি,
ঙমদ্রুনা পুক্লিংনা ফিগাউ শাবা,
থমহনা ঙকচা ঙকচানা মখোয়শিংগী
মতৌসে য়েংহনা ইস্রগুম লোৎচরে
থবালগী লৈথোক্লা ; লোৎলুনি অতৈদু
নিমগী মরুদা, তীর্থ তীর্থ খুদিংদা
ইরুপ্না, পহ্ংগী মঙলান্নি কাউথোক্দুনা,
কোংদোকপা ঙমদ্রবা, অরোম্বা লান্নৌ ওই,
শকওন ওন্দুনা,
প্রকৃতিগী তম্পাক তমপাক্লা,
লবা লম্ফাংনয়রবদা ।

পামদা পামদা মতমসিদসু,
তাউথরক্লি অতৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংমৈনা কংবদা',
খোম্বাং মৈরমি স্বরগী তোমৈনা,
তোঙান তোঙাম্বা স্বর পুহনা,
কোমোই চম্বা থদুংদা,
মালতি লৈনম শাৎকাইবা মীকুপ্তা,
মশা মশাগী লৈনমদা লুপচনা,
কবিন্দু বাস্তা পুৎকৈসিদা,
পারলগী মমিনা তমহনা
কবিন্দু রাস্তা,
মালতি লৈনমনা কিদমহুতং য়েন্দুনা ।
অসুম্না লৈকোল অসিদা,

মৈঙ্গালদা লৈতেংহুনা, চামখোকপী
প্রকৃতি লাইরেম্বাগী লৈতেংনা শাহুম ওই,
মালংগী তাম্বাদা অরম্বনা হেনগৎলক,

অম্মম অম্মম।
লোয়ননা অম্মমা,
ফোংদোকখি,
থুংশোক থুংশোক্পা, প্রকৃতিগী তম্পাকসে,
চেইন রিয়মকুনগুম মরী মরী :
ফংহুনা প্রকৃতিগা ধ্বনিসে,
অতিয়া শিন থ্‌ংলকই,
থম্মুংদা ইনিল নিনথি ইদোম,
খোম্লাউদা,
লাম্লবনি, তোম্লবনি হায়বগী,
ভাউচৎননা, অরাপ্পা অহুনা চপথাইহুনা,
শৈদম্মা য়েম্লবদা।

অম্মমা, ভাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
ফুমশিংসে অম্মম চেম্মখি,
ক্লোটিং পার্ক কৈবুলসে,
অম্মম চেম্মখি মঙলান্দা,
কৈদনো থংদে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা থ্‌গ্ধ্‌না
অম্মমা.
নিশাগী ভাইবংদা, অপংবা পুজিদা,

ওইখি মহুত্তদি নিংবা কায়থনা,
চংজকম অমম্থুং নোঙথগী খিদমথু
পুত্থনা, ঙমখৈখদি লৈরমদে মুয়সিদা,
কন্নিম্ম ফংখিদে ঐগী ইত্তিক্কা,
ইমাগী সেবাদা।



# অহুংগী থাউমৈ ঃ ১৩

মুয়সিগী লীপুন্দা মংদম্বত্তনা
ওইত্রে মুঙাইবা;
হেম্না হেম্না লুপ্পীবমখৈ হেম্না
হেম্না নুঙাইবা ওইত্থনা,
ওইত্রে হৈনবী লম্বী অসিদা চৎপনা,
থাউমৈগী যাত্থদা লুপ্তনা,
পঙওইত্তা ওই মৈথবীগী মচাঙম।

অহ্থবু অবাবদি,
কন্নিগী কিরিবা বাংমহুবুদি,
অত্তোপ্পা অমা থম্মোয়দা লাকপগা লোয়ননা,
অমম্থুং ঙসিগী তাইওম্নবা অমদা,
অমম্বত্তা কংই, অমম্বত্তা কংই
লমদমহুদা।
অহুবু তত্তনা তাউথন্নি
অঙৌবা কাঙাশিং.

ওহাঙৌ লৈশাং তমহৃনা,
শিঙ্গাঙৈ থৌরিসে পায়হৃনা,
মেনকাগী জগোই শাথেক্তা,
ওসিগীতা হায়হুনা,
ভত্তনা ভাউথরক্সি কাউশিংসে
অমুয়া,
লম্বী অসিদা চত্তুনা,
লৈজদা কৈনু থর্ম্মোয়দা,
লম্বীমে নত্তনা,
অত্তিয়াগী থবানমিচাকশিংসে নত্তনা,
লৈরাং লৈকাশিংসে নত্তনা
ঐগী হায়বা কৈনু লৈজদে।

শায়জসনু সমত্রু নাবিকশিংনা
অত্তিয়াগী কুষ্মেদা,
লৈরাং লৈকাগী মীনোক্তা,
পাউজেলশিংসে পুহৃনা,
জ্ঞানগী পূকৈ শাগৎহুনা
হুংগ্রাইশিংসে শেংনা থুনজসনু
তোর্ব্বানসিদগী।
কয়া কুইনা তোর্ব্বানসিদা লৈথিগদবা
মহুদি থওদেঃ
যন্ত্র যন্ত্র চিংথোক্তুনা,
তৌরিবমথৈ লৈরোলসে,
মথোয়গী নোকথেবগী থোজেলদা
পুমনিল নিল,

অভিয়া মকোয়বু মমাগী
নাউয়োম শক,
লৈরাং লৈকাবু থাউখোংসে পুহুনা,
চিংথোক্লিবমখৈ থাউসে,
পুকৈগী মুংঙ্রেংসু হুম্বদবা নত্তে।
অহুবু মীনুংশিগী ,নাংলৈনা শোক্লবদা,
নোকপা কপ্পগী পুক্সিদা,
অঙৌবা কাঙাশিংনা যাহু তৌহুনা,
টিউবলাইটকী কুমৈ য়েংহনা,
কুকেৎ কাকেৎ, কুকেৎ কাকেৎ,
উপাল হৈপালশিংনা নোংজুদা
নোকখেহুনা,
উহৈ-য়াহৈগী মনমনা চিংহুনা,
চেক্লানা উপালদা শৈদাংলি,
নোংলৈদা চৎঙমদা,
উশালক্তা লোত্তুনা,
মতুমমাল থুপ্তুনা,
খোংচৎকী মীংলেন্দা অমুম্না
কোমুংবু লৈত্তেংলি।

অমুম্না তাউথরক্লি আঙৌবা কাঙাশিং,
ওসিন্নু শায়োল্লি মমাউশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা,'
থাদোক্তা খুৎলাইবুদি,
য়াওল য়াওলনি হায়রিবশিংবু ককপদা,

অনৌবা য়েম্নিং হুমদা,
থুংলাই অমত্তগী মাত্থদা,
মচুদা লুপ্তনা থবায়সে,
লম্বী অসিদত্তা চত্তনা,
হৈনবী অসিনা পুন্দুনা।
অওইবমক, ব্রহ্মানা পাম্লবা মীওইপোক্নি,
সুঙাইবগীদমক লাকপনি,
অম্নুম্না,
নিশাগীদমক, চাবগীদমক, সুঙাইবগীদমক,
মাঙোলদা খোংগ্রাই শং,
ওইনমক অম্নুম্না,
উদবা ঙমদরে থাউমৈহুবুদি,
অম্নুম্না অথাপ্পদা ত্তত্তনা কৌরিবা।
মাঙৈনে থম্নায়সে,
কৈদা চংলুসি হায়রিবনো ?
নোংমৈলক্তা করম্না পাইগনি
মশাসে থপ্তনা ?
মৈথুগীলক্তা মীংলুসে
করম্না পাংগনি ?
অত্তবু মৈথুগীলকসিদা,
হিংবা তম্বনি ইপাইপুবু নিংশিংদুনা,
মখোয়গী থৌরীবু য়ান্দুনা,
ঙপ্পগী মখোয়না হিংখি হায়বগীদমক,
মৈরাংনা মৈনম শপ্তোক্লি হায়বগীদমক,
ওত্তিয়াসে পুমঙাল ঙাক্লি হায়বগীদমক
লম্বী অসিগী মিংলেন্নত্তা,

অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা
মুক্তাঈবা পোক্তনা,
থরায়গী লাইজম্ম চেম্ববনি,
ইয়ায়সে শেমছনা,
হিনাউসিবু খুত্তা শিন্নবিহনা।

অমুকম্ম, নিংশিংলক্লে গুসিদি,
চিরবা মীকুপ্পা,
ধ্রুবগী নারদ কৈদা চৎথরে,
লমতাক অমত্তং ফংজরবদা,
চিংনদবা গুমদে,
কনা হায়ছনম্ম য়ারয়োই,
হৈনবা অসিগী নিশাদা লুপ্তনা,
কুক্কেৎ কাক্কেৎ তৌদবা গুমথিদেদো,
থাজম্ম নোংছোলকসিদা,
মালেমগী মীংলেনবু শোম্বদা।

মত্তমগী রাহংদা কয়ারক কাযথবনি
পিড়ামিদ, তাহোরহদা মালেমসে
লম্কাং-ওইনা,
ঐগী মণ্ডলাম্দা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
কাত্তাশিংগী জগোই শাথেক্কা কোয়না,
নিংবা কায়না চেম্বথি,
তুরেলগী ঈচেলম্ম,
বসন্ত লোয়থিবগা হৈকোলসিদা।

মুংশিগী ইপাক্তা অম্মম্না,

অবা সুঙাই য়ারহুনা,
মরমচৎ অমদং খৌবদা,
খোংচৎ অসিগী আশাদা
খম্বা ভম্বা মপোক্তা,
অথাঙ্গী থাউমৈনা লক্লরিবৈ,
থাউমৈসিগী মরুমদা,
মৈচাক্তনা খেক্সাইরিবা তোংশা অসিদা,
পুখোক্লিবা খৌওং খৌরম কয়া,
চিঙ্গান খুদিংদগী, প্রোগ্রামসিদা।

***

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ১৪

মসিনা খুদম্নি,
তত্তনা খোঙ্গাং চৈরিবা কুকিলগী
বসন্তগী সাক্ষীদা স্টেচুশিং অসিনা,
মীওইবগী ইথিল পুম্বা থাদোক্তা,
হুংগী স্টেচু ওই,
নোংলৈ হুংশিংলক্তা,
তাইবংনা মচাবু হুংশিনা য়োকচবা
অচুম্বা, মঙলানগী পাম্বৈ পুচুনা,
ঈশিং ঈচাওগী চৈথেংলক্তা।
হায়রিবা স্টেচু অসিমক
ভাবনা লাংথিবা কুন্দগী পরেংনি,
অচুম্বা

খুদম অসিমক ইখুৎনা
লৌখৎচবনি,
মোংলৈ মুংশিংসিবু চিংখিবা
ঙায়বনি,
তোর্বান অসি থাদোক্নবা।

মাংখবসু শাক্ কয়াদা,
খঙ্গোয়গী কোঙ্গোয়সে,
মথং মথং থাদোক্লি,
অমুকসু খন পম্বং লৈরমগনি,
অমুকসু খন লোইনাইদবা ওইরমগনি,
মীৎলুসে হায়দোকপা ঙমদা,
অকবা শাক্দা।

নাপদা য়ৈরখিবদা নোংজু কয়াগী
খোঙ্গেলনা তত্তুনা,
নাকয়েত্তা মুংহুমগী চয়োংবু
শত্তুনা,
লৈরাং কয়ানদি খঙ্গোয়দা
চৈনা পীরখি।
অহুবু তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈখুগী ইপোমদা তাউহনা,'
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা,
নৈনবা শত্তুনা চেমায় অসিদা,
চংশিন্নগী মিংলেন্দা,
পম্বংসু তাক্তুনা,
অম্বুম্না খোত্তুনা, গ্রাককী চেমায়দা

ওসিন্নু কয়িবনি তোর্বানসিদা
শিরবা কয়াগী শরু কয়ানা ।
অদুবু. করম্বা মতমদা,
মীপাইচাউবী নৈকোলগী থোইদুনা,
নরকংকালগী নাপদা.
নপ্লংবা ওইগনি হায়রগী
চাংয়েং কয়াদা লুপ্লাবা, অন্নুম্না
তোগীনি, হেনফদবা ওইবনা
অঙকপতনা পান্দম ওইবা নৈমায়সিদা,
নৈরাং কয়াগী তোর্বান্দা
ফমদুনা, থাউমৈগী মীকোদা
পুক্লিং শুম্নৎ, যাদু কয়ানা
তারবা শম্মোয়সিদা ।

মসিনা খুদয়ি,
তত্তনা খোম্থাং য়ৈরিবা কুকিলগী
বসন্তগী সাঙ্কীদা,
খোংগাউবীবত্তা, খোংগাউবীবত্তা :
বুদ্ধগুম নৈম কোহুংদা ওইবনা,
মৈশাত্তা শাংলরে পোম্বীচেল্লাশিংসে,
বসন্তগী উকৈদা ফমদুনা,
তুংশিগী ইথক ইহোৌনা,
তুংশিগী মুরনা লেপত্রবম্ন,
মৈশাদি লোয়দয়ি ।
অদুবু, অমুকমু,
তাউথয়ক্লি অতোবা কাঙ্গাশিং,
মঙলান মঙলানবু পুরবা হিনাউশিং,

লেত্তুরি ফিরোবগী না-শদা,
কুকিলগুম শৈদম্মা,
শেংদোক্লি ঊমং লামংশিংসে,
গঙ্গাগী ঈচেলসি খল,
গ্রহগী মিংলেম্, শোম্নুনা,
মহাবীরহন্ন লেপখরে ঊমংহুদা,
গুহ্যদা গুকুনা 'খুদিংমক',
গুহ্যদা ভিন্দুনা,
চেইনসি চিংখোকপমথৈ,
নৈলকাদা খোংদম্না।
অম্বুম্না, ইশন শনখি হুংগ্রাইশিংনা
তোর্ব্বানসিদা,
মরী মরী মঙলাম্না,
ঈচেলসিদা ভর্পনবু কম্বদুনা,
শকখঙদবশিংগী মীংলেম্দ্ন শোম্নুনা,
মীৎলুগী য়্যাংমদা নৈখ্রবা
পদ্মদুংবু মীতম্না,
নৈঙাং ফিজেৎ শেৎপা জল্লিকনি,
কাকশিংনা ঈশাইবু কাইবা
তায়বগুম ঈশিং য়াউন অমশীদমক
কালেনগী মুংশাদা,
নিংথমগী ঊলেন্দ্না অম্বাবা থাংজিবী
গুলাপকী নৈকোলসে,
অম্বুম্‌তা অম্বুম্‌তা,
লৗ লম্মাংজম্বা থাজিকুম
থাদোক্লিবনি তেইনশিংসে।

খ্বাইদগী পীকপা নুংঙ্রেংশিংদগী
হৌহনা খ্বাইদগী চাউবা নুংগী মুত্তি
অহুগী খোংচত্তা,
নুয় অসিদা পুন্দুনা,
স্বর্গ নরক অনীগী
গেইট ওইবা লমদমসিদা,
অমম্বত্তনা মৈচাক পীরিবা :
ঙহাক ঙহাক্লা মরু ওইরিবা :
মরম খুদিংদা, অহুগা,
য়াম্নবগী, নুংশিনবগী মরম খুদিংদা,
মুরগী ইপোমদা লুপ্তুনা,
অফিং অফাই ওইবা শিংলিনা,
থরায়গী নাওম ওইখি,
পহ্বংগী আশাদা ঙাউহনা।
শুপ্নগী ঙহাক্তং অহুদা
থবায়সে লুপ্তুনা,
তাইবংগী মুত্তি শেমলুই কয়ারক,
থাউমেগী মীকৌদা শ্বাঙমদা,
চোংহনা অমত্তংদা ফংজগে বাখলদা,
খুদংগী লৌবুক লমজায়সিদা,
তাল কায়রবা কুকিলগী খোন্থাংদা,
নৈকা থংখ্রবা নৈরিকলক্তা,
চেক্লাশিংনা অম্নুম্না,
কোয়পাই পাইরি উরক বায়ক্তা,
নুয়া অহুবু কায়ামহনা,
অথাপ্পদা, এভাস্নেষ্ট চিংদোম্বু য়েংহনা,
প্রশান্ত মহাসাগরগী থক্তা পাইনিংলুই,
করিগীনো থংদে।

# অহিংগী থাউমৈ : ১৫

হূনা কৌরিবনি শিম্মগী মীংলেয়্,
ত্তা হূংথং পায়হূনা,
ল্পুনা য়ৈম্বিবনি সনাসিবু,
মতুংদা চাংয়েংহূনা,
কাভাগারসিদা খোংথুৎসি কোঙোয়
নখিবনা, উপায় লৈতা,
শানা কাহৎলবা মায়থোংসে,
োংপীন্না ত্তৌরবা থুৎশাসে পুহূনা,
শিম্মীগী স্বরবু পুহূনা,
শেহেক শৈদম্না নাপদা
কাইহৌরি ত্তত্তুনা।
অম্ম্না থোক খোংজং অতুদা,
প্রেগকুম লম্কাং অতুদা লংশেকপীহূনা,
শিরগা কাউখিগদবা খোংজংসিদা,
অম্ম্না লোয়দরি থুৎকী হূংথংসিদি,
াশা অহূত্তংদা লুপ্তুনা,
লবা নোংইন কয়াবু কাগে
লান্দা,
ম অমদা বাত্রা ত্তৌহূনা,
োয়বদি নাইদরি 'মৈচাক্নী' শাহুমসে,'
াইবংগী হৌনবী,
ৌনশা ওইবা ঈরাইদা,
াইবনা থৌশিঘা খোংজংদা
রাবনা মরু ওইরবে।

অহুবু, ভাউরক্রি অচৌক্ক কাঞ্চশিং,
'অন্থয়া, মৈথুগী ইপোমদা ভাউহ্নুনা,
অমঘা নোংলৈনা ফংবদা',
ওইহ্নুনা মীংবু শীম্মী,
য়াইবীদা লৈশক্ত্না,
থুৎনা মালংদা,
চেৎশুম লানহৌবশিংনা
মীংলেন অহুত্তগী আশাদা
অয়াবা থাংহ্নুনা উমং য়ামংশিংদা,
লমজং অমদদি কথোকুত্তবা য়াদবনা থম্মোয়সে;
চৎপশুম স্কুলদা নবানা, ওইরয়ে
অন্থয়া, হয়িবাম্পোং শাম্নরৈ,
থবাযনা শজিশুম ত্তথক ত্তথক,
কৈত্তবু শোক্কনা,
অন্থয়া, ফদ্ৰশিংনা ভাউরক্রি
ঈচেলসিদা, কাত্তাগী দৃশ্যবু শেংহ্নুনা,
ভাউথবা ত্তমহ্নুনা,
মালংসে ইনিল নিরখি।
থংনা মুংশি হায়বদি,
মশক্তি থোক্কা,
মীত্তাংবা যাত্রিকী থোংচত্তা,
অপুম্বা, শাশিবা বিন্দুহ্নুবু,
মপোকসিদা, হেন্নকদদ্নৌা শাশিব অত্তবু
চিংনবগীদমক শাশিবদা,
অওইবা তাবদা,
অহুবিদ অমশুম,

পুমনিল নিলখি চেক্লাশিংনা,
লৌবুক লল্মাংসিদা,
মখোয়গী মতৌ ত্তমহ্নুনা,
মখোল চামগী ফদ্রাঙুংদা কমদ্না
খুত্তা হুংখং পায়দ্না চাংয়েংলি,
খংদা করিবুনোদি,
ইলেক্ট্রিক ফেনগী খাদা কমদ্না
ইলেট্রিক মৈঙালদা লুপ্তুনা,
বাখলনা মৈঙালদা ভোংহুনা,
য়োঙমদা খাজগী হুংশিবা
লমদমগী স্বরহুবুদি,
থরায়না ওনথি মপুক যাউত্রবা থরোই
খৌনাউনা খোঞ্জেল খোকখিদে,
ওন্দুনা মনজল য়াউত্রবা মোইবুং ।

অদ্বু চেক্লাশিংনা লেপ্তুনা খোংদম্লি,
অম্বুম্না খোংজংসিদা,
হৈরাংশিংগীদমক চিক্লবা নত্তনা
উপায় লৈতা,
লখীদ্দি ভিংখংনা থল্লম্বনা,
শুপ্নগী নিংবা কায়বা স্বরদা,
বসন্ত কুকিলনা শৈশক্লি,
থবায়গী কৈরাদা ভোংদ্না,
থহুংদা লুপ্তুনা,
খুত্তা পায়রিবা হুংখংসিবু য়েংদ্না,
পীরাংগী তাজমহলনা চিংদ্না,

কৈদনো থংদে,
থংদনা হৌবা, থংদনা লোয়রগদবা
খোংচৎ অসিদা,
ঐগী মাগী খাক্তনা,
তোর্ব্বানগী হুংক্রেংদগী হৌত্তনা
হুংগী চীংহু কাউখাদা।
অদুবু তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউদুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
পুন্নমক থাদগ্রবদা ব্রহ্মপুত্র ঈচেলদা,
ফুম ওইনা তাউথরক্লি,
সমত্রু তন্না চেম্বদুনা;
মাংদা কুকেৎ কাকেৎ তম্লনগী
ভ্রামাচুদি লোয়দরি অন্নুম্না,
হুংশিজবা, হুংশিজবা,
লীপুন লীপুন্না সাক্ষী ওই,
কোয়না খোংদোইহরি আলেকজণ্ডার আলেকজাণ্ডার
কয়াম্বু, পুরু পুরুগী নাত্তা,
ত্তোর্ব্বান তোর্ব্বান কাউনহুনা।

অদুবু মসিনম্বু লোয়দরি,
বাদবা ওমদে কৈদম্বু,
অঙোবা কাঙাগী মঙলাম্বা ওইহুনম্বু,
মহাদেবনা সাক্ষী লৈরবম্বু,
চৎপগী অয়াবদা,
নোংলৈগী মৈচাক্তা বাদবা ওমসে
চেক্লাশিংনা, পুরুগী আক্লাদা তোংহুনা।

ঐগী মঙলাম্দা, অদুম্না
হেনকদবা ওইবনা পেন্দে,
অথাম্না থাউমৈগী মীকোন্দা,
মীৎলুগা থম্মোয়গা শম্নম্রবদা,
ককওাউননা পাইখি চেরাশিংনা,
মথং মথং মথং,
নোংলৈন্দু লানখি,
অমুকম্দু কাউখি,
হৈনবী ওইদুনা,
কাঙাগা ইন্দোইনা,
অদুম ওইরবে থুদিংমক
মহাজলিবু থৌরাংদুনা ভোর্কানসিদা,
মচু মচুগী লৈচল শেমদুনা।



# অহিংগী থাউমৈ : ১৬

পামজবা থম্বালগী চরোংশিংনা,
হায়রনি, ওসিম্দু ইশন শনলি
লৌবুক লম্বাংশিবু করেমদুনা,
বল্লি ওইরবা ঐহাকপু বাহন্দুনা
ইদুংসিদা, বারীনবঙনা পেঙরবা,
থুং হাংলবা কাসিদা, মৈথুগীলক্কা।
অপাম সুংশি ইথক্কা অদুম্না ভঙনা
শামরি চাংজো লৈভ লৌবুক লম্বাংবু

চিংথোক্তুনা, হিংবগী খুদমদা,
মঙলাম্না তত্তুনা তাউথরক্লি,
অহুগা ইরোইনা,
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা অম্নুম্না ফংবদা'
লৈনমবু শক্তুনা খুৎ অসিদা,
মৈহুংদা ওইনা,
থরায়সে লৌহুনা আরবকী আগরলক্তা,
ঙহাক্তং মৈতাক্তমক ওইরকই।
অহুম ওইনমক কাঙাগী শাথেক্তা,
মশানা মতু মমাল থক্তোকপদা,
খুত্তা কমণ্ডলু পাম্নবা ঋষিশিং
খোংদোইরক মম্নী মরী, থবায়গী ভেংথাদা,
ওম, ওম, ওম ধ্বনিনা
ইনিল নিল্লি, সুঙাইবা তম্বদা;
অহুবু কোয়না য়েংজবদি ঙমজদা,
খোং খুৎ অসি বান্দ ওইখিবনা,
বিন্দু অসিতংদা লৈশিন্বা তাবনা,
চক্রসিগী লৌপুন্দা,
যুগকী মীংলেন্দা চহি-চা কয়া হৌগ্রবদো
নিংশিং নিংশিং,
তপ্নগী থম্বালগী চরোংতবু,
অথাম্না থাউমৈগী মীকোদা থাঙমদা।

খুম্নোকপী লোকপা তাম্নহুনা,
নংঐগী পাউখোংদা,
থম্বালগী ইপোমদা ইরুপা,
মন্দিরগী শুমাংদা
তাররি বিন্দু অহুতং :
পুম্নমক্কী খুৎশিন্নকম :
খেম্নবা লৈতনা মওং অমত্তদ',
থাউমৈগী মরুমদা থ্‌ঙ্গুনা,
মশা তাশন্দূনা পোম্বীনা,
অমুম্না তত্তনা কৌরি,
হায়জবদি ভমজরোই পূম্নদি,
হায়বা ওইরে 'কৌবগী মীংদত্তনি',
লম্ফাং অসিবু ভাকশেম্বগীদমক,
কাঙ্গাগারদা শায়োম্নবদা ।

অহুবু, পম্বংম্নু ফংখিদে, উপায়ম্নু লৈখিদে,
পোৎচাক্কী জগৎনা থরায়গী ৎরায় ওইখিবদা,
শাম্নরুবদা অলং অরাকলক্কো,
খুৎত খুৎলাইশিংসে উরুবদা,
চিংশিনখিবা ওই মখোয়শিংনা ।
অম্নুম্না
চম্নদয়ে বুদ্ধগী বাণীহুম্নু তসিদি,
মাওথরে দখিচি লম্ফাং অসিদগী,
কাম্নদয়ে, কাম্নদয়ে ওইহুনা ।
তারম্নিবা হুংজ্রোংশিংনা,
অমুম্না কয়বা স্মৃতিবু খোৎকনি ?

অমুম্না থাউমৈগী মৈরোশিং
তিনথি কয়া কয়া,
অমম্বলক্তা,
অমম্বত্তনা বাত্তব ওইরম,
থাউমৈগী মৈরোশিংদি শাশিম্বতা
ওইরম, ইত্তৎ ত্তত্তবগী মথাদা;
তিম্বতা তমহুনা অমম্বলকাসদা
থবায়গী পাউথুমতবু ঙায়হুনা।

অমুকম্ন্ রাহংনা থবায়নি,
অম্নুম্না ঙায়বনা পুম্সিনি;
শমজিম্বা ঙমজ্রবা লম্বীদতা
খোংদম্রবনা অম্নুম্না,
কাঙাশিংগত্তা ঈরোইহুনা,
মঙলানগী ক্রাতা হৌহুনা,
অম্নুম্তা পাইশিল্লিবনি চেক্লাশিংনা,
থবায়গী থুদাদা, পুম্সিগী আসম্বা
কম্লেন লৌহুনা;
লৈয়িংসিদা কাম্নবা তাবগীদমক।
করিগীনো থংদে,
কোইপাই, পাইরি চেক্লাশিংনা,
খার্থদা, খার্থদা, কম্নবগীদমক
করম্বা উহৈবু কংগনি মীংশোম্বা
মঙলাম্দত্তা ইরুপ্তনা,
থাউমৈগী মীকোদা থাঙমদা,
থবাক্ত অসিনা লেপ্লিবমথৈদি।

তম্পনশিংনা কুক্কেৎ কাক্কেৎলিবমখৈ
ঈচেলসিদা তাউথরকপা কাউশিং
খুদিংমক শিংচবগী আশাদা,
পাইশিল্লি চেক্লাশিংনা লম্খাংসিদা,
তপ্পগী মীওইবা সভ্যতা কন্নবগীদমক,
খোম্হাং খোম্হাংদা,
চৎপা তমহুনা সুংগ্রাইলকসিদা, হৈনদা,
হৈনদা কোইপাই পাইরি লম্খাংলিদা,
মচু মচুগী ফিরাল চিংখত্তুনা,
লৈরাংশিংসে নাপদা চিন্দুনা,
লগোই শাবীগী তম্পাক্তা ফমহুনা,
ঐনা মতৌশিংসে নিংশিংলুবদা,
পোকপত্তা ঙায়রিবা নবাগুম
কপ্পম্মী, তৌকম থঙদনা।

অহুবু ঙসিনু,
মহৌশাগুম তাউথরল্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
মহৌশাদা তাবত্তনা মপোক্তা,
মহৌশা ইমাগী তমপাকৃতা,
কোয়ৌগী সাক্কীদা,
চেক্লাশিংনা মচু মমাল থিংলম্মী।
নোংজুনা থদ্রবা মশাবু থিংদোক্ত্রনা,
নোংজু অমম্বুং মৈশাগী লীপুম্না,
চৌংথোক চৌংশিন, চৌংথোক চৌংশিন,

অম্মুম্না থবায়গী ইঙ্গিৎতমক পীরকইবা :
সমক্রু নাবিক্কী কমপাস ওই,
লম্মুক্লরবা যাত্রিক্কী ধ্রুবতারা ওই,
অম্মুম থীবদা, অম্মুম থীবদা,
হুংজ্রেংশিংগী আশাদা,
মঙলান্নত্তা ইকুপ্ত্‌না।

অম্মুম্না, নোংদৈ হুংশিংনা মুথংত্রি
অথাপ্পগী থাউমৈদো, হায়জরিসিনি,
থুংলাম ত্তোয়না কৌরক্লি,
অচুবু, অম্মুম তানবা থুদিংগী,
মহাক্কী মীকোদা খোংদম্বা থুদিংগী,
খোঙ্গুলদা য়েকহোরে,
শাগদগী হোৎনবা তাজমহলচুমক,
হোৎনবা লেপ্তুরি, ইশিঘা লেপ্তুরি,
থম্মোয়সিদা হুংশিংকী শাহমনা ৈয়রবা
থুদিংগী, শিন্মীগী পুঞ্জি খোংজেলসিদা,
খোঙ্হাংনা ৈয়ররি।

***

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ১৭

থংপোক কয়া শাথি,
অচুটৈঙু হাক্তক্তো,
থৌশিলচুমক্কী লাংদা থং্চুনা
ইশন শনথি,

থম্মোয় লাইমুম শুম্বৎনা,
থুত্তা লাঙোল পায়বা লৌমীশিংগী
মীনোকলক্তা,
খাংপোক খাংপোক্তা পাউজেল কয়ানা
শিনখি :
   নৈন য়ারোলসে হায়দোক্তুনা
   সভ্যতাগী হেজিং গার্দেনবু মঙলান্দা থম,
চাংয়েংলম্বনি তত্তুনা খাংপোক অসি
শাহুনা, অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা
পুক্লিং ইরুপ্পা, চাংয়েংলম্ব'নি
লিকোল অসি হুন্দুনা,
শিংনবা তাম্নহুনা,
নিয়তিনা পীবা আশীর্বাদলতং থকখিবনি,
থরায় পেম্মা অমৃত মরিকপু।

অম্মুম্না, তাকাবা মহাক্না,
অহিংগী চাংলৌদা, তুরেলগা ঈয়াইদা,
নৌবু পায়হুনা মনিমুক্তা থিরম্মী,
মহাক্কী থম্মোয়গী কোঙোয় পুম্বা
খাদোক্তুনা, নোংলৈহুদা শান্নরম্মী,
পৃথিবী পুম্বগী নোংজু থমুংদা
ওমখরে মঙদম্না শান্নরম্মী,
তান্নু কাঙানা চিংহুনা,
খোংদমহুনা যাহুগা ময়াইদা।

অহুবু খাংপোকসিদা ওহরখি,

অকপা নোংলৈনা হুমহুনা,
তাইবং মালং শিন্দ্রংনা,
কিন্থবি থাংপোকশিংসে, বাথলনা থৌহুনা,
অতিয়াদগী হুগী নোংজু খিকথরকপা,
চাংয়েংবক্তদা লোয়রগদবা মতমসে,
নিংশিং নিংশিং,
চয়য়াথি শোয়দনা :
হিংবগী মমলন্থু লৈরমদা,
পোৎশকী অর্থন্থু মাওল্লরবদা,
তাকবগী নোয়েলদা শুম চায়ন্দ্রী।
অসিগুম্বা লম্মুক্করবা মীকুপ্তম্ব,
তাউথরক্লি অতোবা কাতাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
লিংজেলগী মন্ত্রবু শক্তংনা,
অতাংবা থম্বালনা লৈতংবা ঈয়াইসিদা,
মণিমুক্তাগী অশাদা থর্গবু মতদয়া,
চেক্লাশিংনা লেংলক্লি ইখন শন,
'প্রোশেশন অত্থগীদমক' :
রাকৎকী চেথাংবু খুত্তা পায়হুনা,
অথায়া থাউমৈগী মীকোনা চীংহুনা,
অম্থুমা, মৈরাবীশিংনা তাউরি লম্মাং
অসিদা, পাংথোকপা তত্তাইকদহুনা
ত্রামাগী মতোসে,
লম্মাং অসিদা থাংপোকশও
শাহুনা ইয়াইসিদা, তাউথথি কয়ারক।

অহুবু খুজা রাকৎচে পায়বতনি ।

কনানা রাকৎলুবি ?
কনানা পৌবিনি রাকৎসে ?

অহুবু স্টেচুসিদি রাকৎল্লে থমকয়ী ।

অমুম্না থঙসহু জগৎনাথ মন্দিরগী
শঙসে, হৈরুক লাইরুম্না
থম্মোয়গী লৈচল কয়া শেমহুনা,
তপ্নগী লৈত্তেংগীদমক,
থীবা তমহনা করিওবনা ।

তমশিৎতনা থোদাং ওইবা,
অদুগা হৈবগী পমথৈদি লৈরমদবা :
ভক্ত সুরদাস অমসুং বিজ্ঞান হৈয়বদুগী
দিবেটতা অমুম চিংথোকখিসহু
কোকোয়শিংসে ।
রাকৎচে থম্ কমসিদা অমুম্না,
হৈনম লৈনমনক্তা,
তপ্নগী লৈত্তেংগীদমক,
তন্নদুইদো লৈচল শেবা মখীসিদা ।
অতৈ করিগীনু ওইরমত্রে ।
তপ্নগী লৈত্তেংগীদমক,
মৈবুল অসি চমদুনা,
অমুম্না কাতাশিংনা তাউথয়ক্রি,

'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
নোঙাল্লমদাই হুমিৎপু পুহনা,
মহাপুরুষকী বাণীনা ইনিল নিল,
লিক্লাশংনা তিংখো মতোন্বা নপুদনা,
শুপ্পগী কৈতেংগীদমক।

করিনু খাল্লিবা নাবিক্লা,
থুত্তা নোংবেব্ পাযহনা খাংপোক্লংদা,
মাশকী ইপোমদা শাল্লহনা?
অহুবু চাসম্মু পাল্লি,
অথাপ্পা থাউমৈগা মীকোসে,
পুম্নমক, পুম্নমক উৎ ওনথ্রবস্থু,
লীলা লীলা থাক্তনা,
ভসিম্মু পাযরি হুংশিগী নোংরেনসে,
শুপ্পগা খোংচৎকীদমক;
অশং অরাকী লোবুক্লা,
লৈঙোয়গী লৈঙোয ভাক্তা ভায়থ্রবস্থু,
থম্মোয়গা থাউমৈদ লেপ্তনা চাক্লি,
অফম্বা হুংগুম ঈশংদা তাহনা,
শুম্না চাংথকথ্রবা খাংপোক্লংদা
শুম্না চারবা নোংরেন্‌বু য়েংহনা।
অম্লুম্না,
কুকিললা অহাংবা মালংদা,
কুমগী নোংখোং ভায়হনা,
উপাল, চৈপাল, লৈপাল থিবিকপু
লৈরোন চনথ্রবা, পুম্না মাংথ্রবা

অহাংবা মালংগী খনিদা
কুকিললা শাউরি,
মেখা ওমত্রবা অহাংবদা খুৎ থমদুনা,
তাইশিবা ওমত্রবা প্রোম্রেমদা,
শুম্নগী খুৎশোগা,
চাংয়েংবগদা লোয়রগদবা মতমসে।

অদুগা তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং
মৈতান তাবা থাংপোক থাংপোকা,
নিংশিং লৈমায়তবু হায়দোক্নুনা,
মাংদা থমদুনা,
নিংশিং শিংশিং,
কুরা দলাল, অলং অরাকী
দায়েগ্রামসে য়েকপা লোয়দরি,
অঙোবা কাঙাগী জগোইদা।

※

## অহিংগী থাউবৈ : ১৮

অমিওবা শিল্পীগী খোংজেলসিদা,
তাইবংগী শুক্লবা থামবা মীকুপ্তা,
তিক্ষা ওমশিল্লবা ককবী লৈকাবুংদা
লোংলিবী খোইম্ খোইয়াগী
নয়ক কুন্দদা, লেখীত্রবা লৈকাইগী
অতিয়াশিগ্না নিল্লকই,
তগীরথকী আশাদা,

মোইবুং খোঙ্গেলনত্তা,
ওইনমক থাজবা ঙমদা খোইমু খোইরাশিংনা,
নমথিবা নালাবু ওইগনি,
নত্রগা উত্তারগী গঙ্গাবু খোংদমগনি ?

মৈত্তান তারবা লৈশ্নিকশিংবু য়েংহনা,
থরায়বু মৈফুনা মৈনংলি।
সতী সীতাগী আশাদা,
অরা মৈশানা তাহৎলবা মতমগী তমপাকসে
য়েংহনা হৌখিবা থংহৌদে,
মাংখনা হানখি থরায়গী মনিশিংসে;
হায়দোক্রবস্তু গীতাগী লৈমায়না, মীৎমাংদা,
মীৎলুগী মৈথুশিং হুমখিবা ঙায়বদা,
অনৌবা নোংলৈ ঙুংশিৎপু মঙদবদা,
মাঙবতা ওইজরে।

অমাঙ অতোংগী দশাদা তাহনা,
থাদোকপা ঙমদা খোইমূ খোইরাশিংনা,
লৈকোলসিদা পাইবত্তা, পাইবত্তা,
মথোং মরম থংদা অমুম্না
মৈতান্দা শায়রৈ, ফজবী লৈরাংবু
ঙায়বদা থাংপোক্লিংদা।
অহুবু তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
‘মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা’,
পুক্লিং ইহনগী নোংলৈবু হুমহনা,
আশাগী উনা বানাদা শোক্কুনা।

মীত্তাংবগী চৈত্ত ওই,
অমুমৃতা অমুমৃতা,
সর্বনকুমায়গুম হায়বা ইবা মচানা,
প্রকৃতি লাইরেম্বীবু মীচুংশি কোংদোক্লি,
উদ্ধারগীদমক কোক্তা পোৎলুম থোংহুনা
কনাগুম্বগী;
প্রকৃতিগী য়াথংদা,
চুংশি ইপাক শেম্বদা, অমুম্না
পৃথিবীগী ময়মচৎ ওই,
কাঙাশিংনা তাউথরক্লি।

অমরোমদা,
খোইমু খোইরাগীদমক্তা হায়চুনা
নোংথাং ওই কুকেৎ কাকেৎ তৌ,
অথাপ্পা থাউমৈগী মৈয়ীবু উত্তুনা,
পীবুকপু তাউহল্লি।
তাউরবা পীবুক্না,
পোম্বীচেন্নাশিংগী চাক্তাকম লৌবুকসিদা,
ইশন শন মচু মচুনা,
মঙাল মশেন্না য়ৈবদা,
অমুমৃতা কয়াল্লি, অমুমৃতা তাম্লি,
হিয়াং তাম্চনা থম্বালদৈকালক্তা,
তাহু কাঙাগী জগোইদা,
ওহাক্তং বিন্দু অমদা লেপকম ওইহুনা।

কুহাসিদা শান্নরুই হঙোইশিংনা,
নোংলৈ অহু চৎলিদৈভদি,
মকম অমত্তংদা লৈশিন্দুনা,

কদাইদা লংথবিরুনি থংদা,
শাকু কল্পা নোংলৈ অহুমল্পা
অছুবু, ওইনমক
খোংচংকী পুন্সিদা, বিন্দুগী
অহোংবা লৈবনা,
ইনফিনিটিদা তাবনা পুন্সিগী ল্লাহনশিংসে

পাইবনা ওইবনি,
চৎপনা পুন্সিনি,
মরমদি ফুরেলগী ঈচেলশু
সমক্রুগী আশাদা অনুম চেহরি,
মপান নাইত্রবা আশাগী ঈরৈদা
চেহ্নবা তাইবংগী নিত্তিদা,
অনুম ওইরবনি,
খোংকমসিনা অচুম্বা ওই।

অছুবু ঐহাক্না অনুম্না হায়রম্মী,
বাই, বাই :
য়'চংবা য়ৌরকপদা থম্মোয়সে চিংথাইহুনা,
অহাংবা লম্ফাংনা মতোমতা লৈহৌবা
উবদা,
কাইন মৈশা লাংলবী চেক্লানা,
মুত্তি অসিমক তত্তনা য়েক্রুনা,
খোইমু খোইয়ানা লৈকাম্নুংদা
লোত্তুনা মৈতান তারবা
লৈরিকী কুম্মেদা
মীৎলুগী পীয়াংনত্তা খোনাপ্পী
হোকম শক।

মতমসিদন্থ তাউখরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোৎদা
থঙ্মোয় শুক্ষত্,
শকুন্তলাবু শাগৎহুনা,
ইরৈদা লুপ্‌-মীয়হনা,
তপবনদগী হৌহনা দুষ্মন্তগী কোমুং
কাউবা,
অহুদগী অমুক মমা মেনকাগী
লাইরৈবাক্তা,
কোইডোং তোংহনা খোইমু খোইয়াশিংসে,
অন্না মুঙাই অনীগী শরৈনা ইন্দুনা
লৈয়াংদা তায়ম্মী
কোইঙং ঙংলম্মী শৈশক অহুমক,
লোইনাইদা ঈশৈগী মুরদা তাউহনা:
খাংপোক অসিগী মীংলেখদ্ শোন্দুনা,
খাংবগীদমক পোক্লকপা মপোক্তা,
লাক্লি, লাক্লি,
নৌরেন অহুমক পায়হনা অম্মুয়া,
অত্তিয়াগী থরানমিচাকশিংমু
তনিক তনিক,
অবা মুঙাইগী বারী লীহনা;
শাদাথগী লাংহমক তায়ম্মী
অম্মুয়া মাঙসিদা,
কাঙাশিংগী জগোই ইথক্তা,

খম্মোয়সে মঙালনা থদ্‌মহুনা,
নোংমদি শোয়দনা,
নাক্তা লাকখিগত্রা হংজনা,
থাউমৈহুমক,
লাপথোকপনা ময়মচং ওইবা থাউমৈদা
ঈরুজনিংহুনা, থদ্‌য়বদা লাংসিদা।

***

## অহিংগী থাউমৈ : ১৯

কাকশিংনা অয়ুক্কী উকৈশিংদা,
তোংলরি মপৈ মপৈ,
শৈশক্তুনা মাঙগী লমপাকসিদা,
অশিবা শদোংশিংবু চিজ্রাক ওইরিবা
লংজাশিংগী মত্তোদা মীহোৎহুনা,
ফংনিংহুনা চাকলুক অমত্তং,
নুঙাইবা মশক খংনিংহুনা
কোইঙাউনরি কাকশিংসে,
মখৌ পোংনা খোং,
পোথাবা লৈত্রবী মালেম লৈমগী
ভমপাক্তা; অত্তিয়াদা মশেক
মঙালনা য়ৈরবা থুদিংগী
শান্তি লৈত্তে; থাওমদা
তাণ্ডব জগোই শাহুনা খাংজি
মখোয়না, ফজবী মালেমগী

অচিকপা থ্‌ংগাইহুনা কাকশিংনা
খোংদি শক্তিগী শায়বুংসিদা,
নিঙমদা অম্মা মীতারহুনা,
শক্তিবু মীতাহুনা, খোংনেংপা
পামহুনা, পুন্নমকী অন্নাংবা
পালেমগী হৈয়াংবু য়েংলম্মী,
মথং মথং,
মনুং মনুংদা ইলেক্ট্রিক কারেণ্টকুম
চেন্দুনা, ভাইবং মালং শিন্দুনা,
মুমখোং মুমখোংগী লৈরাংশিং
অম্মা, মকুপ তানা থদংপীহুনা,
থাংশাংগী থাংশাং ঙাক্তনা
ইশন শনথি. বমত্তপকী
মনিলনা ইনিল নিনথি মীকুপমতং।

পোখাকম খোংনাংদু শিখরে ।
ঋষিগী লাইনিংকম লৈয়মক্রে,
অশেংবা লৈরাং পরেং উত্রবদা,
চেগী লৈপরেংনা লেমজবী শক্লবদা,
অম্মা, কাকশিংগী অয়াকপা
খোল্লেলনা কয়ারক মীকপ খোকহন,
লাইরিকী লমায় কয়া ভাউথরক্রি
ঙসিদু: মসিনা অয়োয়বা ওইরবোই
নিংলুবা অরেথা ওইরম্লে।
ঋষিনা থীরি অচিকপা,
ভুমিন ভুমিন লমায় কয়া

শেম্লহন্না, শায়েক্তুমক ম্লেক্লহন্না,
নোঙ্গৌবীনা খোংবগুম খোংলি,
লৈকম থীবদা, গ্রহ গ্রহদা,
ক্লাকলগী শৈহেকপু ত্তমহন্না
সমত্রুগী ইথক হৌরি,
শুপ্নগী লেপক্ষম অমত্তং থীবদা।

লেপকমদি কংদরে কৈদম্লু;
পূর্ণিমা থাবলনা নাক্তা লৈরবোই
খল্লুবা থুদিং ঠথুৎসিদা তাখিদে
কৈন্নু,
অন্নুম লাপথোক, অন্নুম লাপথোক,
ক্লাকশিংগী খোঞ্জেলনা অপম্বা
পীবত্তা ওই, পুক্লিংগী মৈশা
ফং নমথি হণ্ডাইলক্তা,
স্বর্গগী লৈকোলবু নিংশিংবা
থুদিং, মখোয়না থৌজিন্নমই,
লৈরাংগী মহক্তা য়োৎতবু
থুক্তা শিন্নবিহন্না, কারথানাসিবু
শিন্নবগীদমক হায়হন্না,
মখোয়না ঐবুতবু নিন্দা তৌরম্মী,
হৈমন্দে হায়হন্না পুম্সিগী লানক্ষমদা।

মিকপ খোয়কপদা হায়গীগুম
অদম্ম লৈরম্মী,
নিলখোংবী ক্লাকশিংনা পুমনিল নিল,
লংজানা লম্পাকসিদা ফৌ চায়হন্না,

মখোয়গী কুম্মৈদি লোয়রমদি।
অছুনা থম্মোয়দি পুঙমদে,
মথং মথং খোংগাউবীরক্কদা
নৈরাং নৈকোলশিংসে,
থম্মোয়সে ইরুপ্পা অরেপ্পদা,
কায়ত্রে থম্দুনা,
পূর্ণিমা থাবলদা য়েংছুনা,
মতম লেলম্মী নমথি হঙাইলক্কা,
শরুক য়াছুনা মালেম নৈমগী
মিংলেন্দা, আশাগী থাবলদা
ইরুপ্রম্মী।
অম্বুম্মা ফাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
‘মৈথুগী ইপোমদা ভাউছুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা’,
অম্বুম্মা ভঙনা লম্মুক্করি,
আশাগা, অমম্বগা য়ায়থিছুনা,
লম্মুক্কবডা ওইরে;
লোয়নদা পোত্থাবতনা পাথৈ ওইরে,
অমম্বা কারাগারসিদা ফমছুনা,
অথাম্মা য়াংমদা মুশি মুশি ঙাল্লিবা
মুকফুসে খোইদানা,
গুঙ্গাং মঙলাম্বা ঙাহুনা,
খোইমুঙম পাই,
নৈরাং শাৎত্রবা নৈকোলমদা,
অঙোবা কাঙাবু থুৎশোক্লা,
মুঙাউবা অমঙম তয়ংদা।

অসুম্না তত্তনা তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমৱা নোংলৈনা কংবদা',
কাক্কী পাউজেলনা সাক্কী ওই,
অঙোবা কাঙাশিংগা ইরোইনা
অশোক্লা শায়োনখিবা,
পাউজেলহুমক পূহনা;
নেপোলিয়নসু খোংলম্মী লৈমায়সিদা,
অহুতসু নত্তনা কাক্কী মীকোদা খাঙমদা :
'চংশিল্লি পুন্নমক ওইহন্দুনা,
ওইদবা খুদিংমক ওইহন্দুনা,
থবায়গী মমি খাদরি কুটবলসিদা,
অথাপ্পা খাউমৈগী মীকোপা চান্নবা' ।
অহুবু পোথাবা য়াদরে নোংলৈদা,
মৈয়ানা সাক্কীনি,
সাক্কী লৈত্রবা মীকুপ্তা
চেক্লাশিংসে, অহাংবা মালংগী
সাক্কীশিংসে,
পৃথিবীগী খোংচৎনা পোথাখিবা
কোরানগী ভবিষৎবানী,
অমম্বদা কোন্দুনা কপ্‌মিন্নবগী
লৈমায়দা, অসুম তাখিনি
হায়বগী অৱামৈশা লাংদবা
তুমদরে, পোথাবা য়াদরে
লৈরাংলৈকাদা খোইমু খোইরাশিংনা
মুরবু চিংথোক্ক্ৎনা,

শায়েক্তংমক তম্বনা থোং,
সুমগী ইপাক্তা তাউহনা,
অমাবনা হেক্লিন্নকই,
পোত্থাবা য়াদয়ে,
চিহাং ওই,
করিগীনো থংদে।



## অহিংগী থাউমৈ : ২০

গুলাপ লৈরাংলক্নী শকহেম্বী ও !
লম খুনুগী কম্লবা শাফুনা
পোমিং ওই, নহাক্না খোংলম্বনি,
লৈমায়সিদা লম্বী অসিমক।
পাইরম্বনি নহাক্কী খোংলোয়শিংগা
কোয়না, পুমস্তো স্তো,
মালেমগী তমপাকথক্তা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোপ্দা,
থুদমশিংনা মহাত্মা গান্ধীবু
অহিংসাদা তাহনা,
থুদমশিংনা হায়দবা য়ারোই
নহাকনু ননিং থুংনবা হোৎনরম্বা
তাক্তনি, মোইথেম তোহনা,
মীৎলু নাপোম নাপোমদা,
ক্রোয়োকোর্ম অহুগী উকদ্দল চাইশন্দুনা;

উচৈহুমক চাখিবা দলাই লামা কনাগুম্বনা,
পুমঙৌ ঙৌ শাম্নবুংহুদা,
মশা খম্না পাইখিবশিংবু,
ভাবকী শায়েক্তা য়াউশিন্নখি,
তুম্নগী মরুভূমিদা চৎপা যাত্রিকশিংগী
থুম্বা ঈশিং গ্রাসকুম ওই,
শায়েকহুমক লোয়দরি,
পুক্নিং হকচাং শোন্নবশিংগীদমক্তা
পুলিশ ওই মীয়ামলক্তা।

কন্নিম্নু উজবা ওমজদে,
অকিবতা ওই নোংলৈলক্তা,
গুলাপ লৈকোলগী খোইমু খোইয়াশিংনা,
পামজবা লম্বীবু থীবদা,
কন্নিম্নু উজবা ওমজদে;
পম্বৈরম্নু বাকৎচবা নত্তনা উপায়
লৈত্রবদা,
তুক্নবা উমং য়ামংদা,
উখোং য়াখোংদা, থুম্বা নোংমৈ
পায়হুনা, নমদা পোৎলুম পুক্তনা
চেম্বম্নু ওমজত্রবদা,
মরমদি য়েংজবকাউ ওমজদে,
মংখোয়ীগীলকসিদা থাংজবা ওমজদে,
মী নোকমৈশাশিংসে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা
থম্মোয়সিত্তা ইথক থক,
খোংপাক্তা তিংথংসিমক্না য়ুন্নবা

শক্তি ওই ঈশাইফং নাক্তা
থম, তোর্ব্বানসিদা ফম্নরে,
অথাপ্পা থাউমৈবু মীতম্না।

সমক্ত মুন্নারগী নীতিদি
ওসিন্নু কায়দরি ইন্নুংসিদা,
ময়েক য়াউত্রবা, চেবাংতা ওায়রবা,
'ধর্মগ্রন্থ কয়াসিনা' চেকপল থাবিন্থনা,
কাইদোংকম ওইবদি ওইরি,
খুৎপু চেৎনা পায়বিরি
নোংলৈন্নুংশিংলক্তা,
মতোন চোংবা ওমত্রবা,
তিম্না চারবা লৈকোলমদা, অন্নুম্না
অথাপ্পা থাউমৈগী থোগলবু
কায়দরি, চৎকদবা লম্বীগী
পম্বুং লৈতবদা, অমবস্যাগী
নাপোমদা তাবা লৈরাংনা
অতৈন্নু লৈরমখিনি,
লৈরাং কয়া মশীং লাকওমদা,
চেকপলন্নুংসিদা ফমহনা,
নাইতোম তাবা থন্নায়গী শয্যাদা,
চেকশিন্নগা, চেকশিন্নগা
কৈন্নু লৈরমদে, ইদোম
পোলোয়দা কপুনা লৈরম্মী
তাইবংপানসে অমম্বগী সিম্বল ওই।

অহৃবু খোইরাংই থম্মোয়সে,
সুংশিদৈ উমংদা ব্যাস অহৃবু,
অমম্বদা কোইমা মাহৃনা য়েংলিবনি,
অথাপ্পা থাউমৈবু মীতম্না
মত্তমসিদা।
অহৃবু নাইতোম তাবা,
অচিকপনা তম্তনা কাইহোরে;
কোম্নমা ভানু কাঙাশিংনা তাউথরক্লি,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহৃনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
কুকেং কাকেংভমক ওই,
অশেংবা মুক্তাবু মাংপ্রবদা,
কঙমদনা থম অশেংবা অচুম্বা
সুংপ্রাইবুদি, অচিকপবুতা থ্‌গাইহৃনা
তাউথরক্লি লঙোবা কাঙাশিং,
মঙলৈবাক শেমহৃনা,
কোমহুসিদা পুক্লিং শুম্বংহুনা,
তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
তুরেলগী ঈচেলদা,
তোর্ব্বানম্বা তাবা লৌমীগী পোথাকম
ওই, রাববু তম্না পোক্লকপা
মপোক্তা, শমজিগী লৈরাং
শাগংহুনা,
লৈকোলদা পুম্নমক ওইহৃনা,
থাউমৈনা অথাপ্পদা তম্তনা
কাইহো,
অমুম ওইরি হৌজিকস্থু।

থাউমৈদি অথাপ্পদা লৈরে
হায়বা থংদে হায়বমক,
তাহংপীরে হকচাংসিমক খোয়দনা,
লংথবীরে তোর্বানসিদা,
অতৌক লকপুহুশিংদা চিংহুনা পুজন,
তানু কাওগী অগোইগী ইপোমদা
তাউহুনা, অসুম্না তুবা তম্লিবনি।
অন্তবু তুমদি য়াদে,
ময়ম কয়ানা তিল ওই,
চাম্বংলবা কোকসিদা;
পুথিবা মাইকৈদা খোংশানগে
নিংহুনা। অসুম্না,
সুগাইবা ইপাক্তা শামরুবা
খুদিং অবাবতা কংই,
করিগীনো থংরে।
ঈচেলগুম অসুম লৈথোকপা য়াদরে।
অর্থ অময়মদি শাশিবা তারমুংলে
মীকুপ খুদিংগী,
মতম লেখদা,
খুম্নোকপী শামবীদা,
লেপ্পা য়ায়মক্তে খুৎ অসিতদি,
গ্রহ, নক্ষত্র পুথম্ন তত্তনা
অমনা অমগু অমম্নং
মশাগী কক্কদা লৈরি-হায়বা
মাপদা তারকপতলি ওইরিবা,
অর্থাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা

থম্মোয়রসে খাঙমদা,
তঙ্খৎলাংদা থ,হুনা,
লৈকোলদা তাহুনা, সুর অহুমকা
ইথক্কী খোংহো তাক্লিবমথৈ,
ভাবক্কী শায়েক্তা পুন্নমক য়াউশিজি।

❋❋❋

## অহিংগী থাউমৈ ঃ ২১

নোংমা নোংদোন লৈমনা,
থুংলাম তোয়না কৌরকখি,
থম্মোয়দতা ঈকিং পীহুনা,
নোংহোগী নোংখাং কাপখোক্তুনা
চীয়োন য়ায়ী তাক্লম্মী,
কিজবত্তনা মরু ওইরবা লৈরাংগী
বায়ীদা য়াখলচেৎপগী থোগী
চিংশিন্দুনা ফাউরকখি লায়ুমদা
নোংমা, অম্মুম্মা
মচোই মচোই নোংজুনা সমত্রুদা
মংদম য়ায়ী ওই,
আগষ্ট মুনিনা থকখিবা,
পীবুক্লুংদা থমখিবা সমত্রু ইয়াহুমক
নিংশিংখি, শন্না নিংশিংখি
প্রকৃতিগী মতিক পুন্নমক মীওইবগী

পীবুক্তা তারবা অহুমক,
ঈশ্বরনা পীবুক্তা ওহাক্তং তারবা
অহুমক।
নোংখাংগুম, অদুম্না কৌরামনা
থম্নবা থুৎসিদা, কৌরামগুম
মত্তোমত্তা পাইখিবা নোংলৈসিদা
থাওমদে, কৈদা তাকনি
থমদা। তন্নমগী কুকেৎ কাকেৎ
প্রকৃতিসে পীবুরুদুৎদগী
লংশেকপা ওমদরে অদুম্না,
থাওমদরে অদুম্না অথাম্বা
থাউমৈগী মীকোদা,
পোখাবা য়াদরে,
অমুক মম, অমুক তান্‌থোক,
অদুম্না শুংলিবনি নোংজু কয়া,
চৎপা তবদা ভিংথংলকসিদা,
পন অসি লাম্বা তবদা,
মীকুপমন্তংনু লেপচদে,
লৈকোলদগী মৃৎতরি চুংশিগী লৌচিংসে,
থাউমৈবু থুৎচনগে থম্নুবা থুদিং
অরেম্বত্তা ওইরম,
লৈকোলগী চুংশিবা লৈনমনা
উৎকী চীং ওম্নয়বদা,
'চুংশিগী লৌচিংসে' মাংদা থম,
নিংহন্না য়েংলম্মী উৎকী মপৈতবু,
সভ্যতাগী জ্ঞানীশিংনা,

নুংশিবা লৈনম পুম্নমক চুম্ববা
তুংদা, অমুম্মা বসন্তগী পোখ্রীচেন্নাশিংগী
চিৎবানশিংসে ভাইকেং ভাই,
থম্মোয়দা ইহাং হাং,
উংকী মপৈনা মীৎমাংদা তত্তনা,
বসন্ত লৈনম্‌না হায়বা থম্মোয় খুদিং,
চোকথখি লৈয়াং খুদিং,
কংশিনখি অমুম্মা শায়বা
নুংশাগী মৈশাদা, কল্লবা
নোংজুদা পথরবা লৈয়াংশিং, লৈকোলসিদা
অরেম্বদতা তারম্মী প্রকৃতিসে,
মীৎয়েংগী ভমথৈ, ভমথৈদা,
পোলোয় পোলোয়দা,
কয়িগীনো থংদে,
গ্রহগী খোংচৎকুম অমুম্মা,
মকম অমত্তদা লৈত্তনতা লৈয়ু
হায়বা য়ারমত্রে থুংসিমক।

কয়িখু ওইরমিগে থকল অরেম্বতমক
ওইরম্মী।
অহুবু নোংথাংগী মথেক্কা,
ইজিবা কাউরকখি থম্মোয়সিদা,
নোংলৈ নুংশিৎনা হকচাংসে তাহখি,
নোংজুদা চোংলবা য়মাউতম
প্রকৃতিগী চৈথেদা,
অঙৌবা কাণ্ডানা থণা থম্মকখি

পীবুক্ত্রদা,
কৈদনো চৎলসি হায়রুনা,
চৎপা তম্বদা ভিংখলকসিদা
পন অসি লাম্বা তম্বদা
ঙান্ন কাঙাদি অন্নুম্না মূৎতরি
তাইবংদা; চিঙাক্লা
করিগুম্বা মতমদা খাউমৈ ওই,
অমাবস্যাগী অহিংদা ওইরিবমখৈ,
মশা খুম্লিবমখৈ অন্নুম্না
ঙান্ন কাঙাশিংনা মশা খম্লিবমখৈ
অথাক্লা থাউমৈগী মীংলেন্দা,
কণ্ঠমত্রবা আশাগী সুঙাইবদা
অন্নুম্না মোমবাত্তিশিংসে চুবা
তম্লিবনি, প্রকৃতিগী খুয়াদা
কিগাউ শানা য়াহুনা,
'পুক্লিংগী তাকম' চিংথোক্লুদুনা
অন্নুম লোইনাইদা, অন্নুম
প্রকৃতিনা চুমতা কুয়োম ওই
অমুম্বা হৈনৌদা চংবা মুনীগুম
প্রকৃতিগী তমপাক্তা।
পুক্লিংগী তাকমনা ঙাম্লখি,
পীবুকসিদা লোইনাইদা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
ঙান্ন কাঙাশিংগী শাখেত্তা তাহুনা অন্নুম্না।

অদুম্না নোংমদোন লৈমগী ঈজিংশিংসে
অমত্তম্ মীয়াইকবা ওমখিদে,
চুম্নবোইত্তা কাউখি থুদিংমক,
অতোবা লৈত্তেমদা তাবা মচুগুম
পুম্নমক ওকখি,
খোইমু খোইয়াগী খোম্বাংদা য়াউখি
অদুম্না লৈকোলসিদা,
মুয়না অদুম্না চেম্বখি,
হমকাউ য়েংলমদা তুরেল ঈচেলগুম,
শামুগুম অদুম লম্বীসিদা,
মুংগ্রাইশিংনা অদুম তাহৌই
তোর্ব্বানসিদা,
লোয়নবা খোইমু খোইয়াগী খোজেলদা
মুয়চদা অওম্বা থুদিং,
পুম্নমক চেম্বখিবা ঈচেলসিদা,
অথাপ্পা থাউমৈগী লমজেলদা,
নোংলৈনা পুক্সিং গুম্বংহনা,
মুয়না অদুম ওইবগা কোয়না
অমত্তম্ থাদোকচবা ওমদা,
লৈহৌশিংসে লৈকা লৈকাদগী,
'বসন্তগী কৈরাদা পোম্বীচেক্লাগী'
তাইবেং তাইরবা চিখাম্বা।

অদুম্না নোংহৌ ওইরি
নোংথাংগী হৌকম মুয়চুমত্তা
খোম্বাং য়ৈরিবনা পোথাবা ওমদা

থম্মোয়সিন্ন,
প্রকৃতিন্নু কুকেৎ কাকেৎ ওইরি
তম্পনগুম,
লমজেল তান্নহনা অথাঙ্গা
থাউমৈগী মীকোদা,
মতমন্নু অন্নুগ্না হৌখি ।



# অহিংগী থাউমৈ ঃ ২২

লৈমায়দা তিংদম হায়থক্লিকাউদি,
লেপথিনি শংকানরবা দৃশ্যনা
কুয়োম ওই, লেপথিনি উপাঙ্গো,
নাপীশিংবীগী লৈশাং ওইরবন্নু,
শিয়োই লীলি লৈরাংবু শোল্দুনা,
চিন্নাংতা ওই মথোয়গী
তুংইন্দুনাক্তা কারাগারসিদা,
'নিংতম থুহং' লীহনা,
ফুঙাইবা পোক্তুনা ।

ফুঙাইবা ইপাক শেন্নদা,
অন্নুগ্না ওসিদি তঙাইকত্রে,
অশংবা কুয়োম্না কুপ্পীবমখৈদি,
থন্নায়গা শিন্নাগা থানদবগুম,
চথবা তঙাইকত্রে,

থাদোকপা য়াদয়ে খুৎজিদগী,
'তয়েং অসিবুদি' ।
অদুমা, পুন্নমক পাইশিল্লি থবায়গী মমি
ওই নিংতম পাউজেল শন্দোকপদা
অদুমা, ফিদম অমতংবু লৌবদা
তরাইথোকপা নৈত কৈদম্নু,
নিংতম পাউজেল শন্দোকপদা,
নাপীশিংবোগী নৈশাংলক্তা ওইরম্নু,
চরুগী খাংপোক্তা কমছুনা,
লোয়ননা অথাপ্পা থাউমৈগী
মীকোদা থাওমদা,
কয়া কয়া নৈন্নিবা খুৎসবু,
নৈজবী পাজল থাহুনা শিজিন্নরি
তয়েংসিদা
মতম অহু য়ৌরকত্রিকাউদি ।

অহুবু,
পাম্বেলনা থংখিদে, থম্মোয়না চমজখি,
কংগদবা মতম অহুমকপু,
থংখিদে কৈদা ওইরিদা,
থংখিদে বমত অমম্নুং চেক্লাচা
অনীমক্তা ভুমগী ক্লোয়োকোর্ম
ইরিক্তা ভিংদম তারম্বী,
কৈন্নু থংহৌদা কৈদা
পাংথ,যমো খোংচৎজে,
থবায়গী পোত্থাদি হোংলমদা,
অশংবা নৈনাগী কোয়োম্নংদা

তাহ্না মোঙ্গা তিন্না মনাশিংসে
চাখৎপতা ওই,
পুন্নমক খাদোক্ত্না, বিন্দু
অসিদগী খোংকম হেন্দোক্তা
খাংপোক্লুংলিদা, অশংবা কুয়োমগী
খোঙ্‌হাংদা, খংদা, খংদা,
কনদি কুইশিল্লক্লে,
তিন ওল্লবা মনাশিংসে
নৈমায়দা অনুম তাত্রিকাউদি,
নৈয়োম্বা অনুম চত্রিকাউদি,
সুংশিবা অমুদুং অহিংসাগী
চেক্লাশিংসে খোঙ্‌হাং তোয়রক্লি
খাংপোক্‌হুংনিদা, অশংবা কুয়োমদা
তাহ্না অনুম্মা,
চেহ্রি চুয়েন্না,
পুখি খুদিংমকপু,
অহূপা থত্তায়না খোংকম
হোংদা অখাঙ্গা খাউমৈবুতা
য়েংহ্না ।
অনুম্মা তাউথরক্লি অচৌবা কাণ্ডাশিং
'মৈখুগী ইপোনদা তাহ্না,
অমবা নোংলৈনা কংবদা',
শত্তুনা ঊনৈবু,
নৈমায়দা তাহ্না মীচুংশিগী পাউজেলশিংসে,
থবায় অমসুং শিহাগী নৈয়াংলকসিদা,
নৈনমদি য়াউদা খাংপোক্লুংলিদা,

খোংনুংইদো, লৌশিংনো পাঙলগদি :
ময়েকশিংসিদা তারবা, হনুবীগী লৌশিং
কহাক্লাম্লোদো, থাউমৈনা শাকী ওইরবা,
নৈমায়দা তাহনা পাউমৈপসে,
থাংপোক্নংদা লমীগী হায়দা,
থাউমৈসে চুরিবনি থাংপোক্নংদা,
অথাম্বা থাউমৈগী মীকোম্বা চিংহনবা,
থুং অসি থাদোকখি,
ওইনমক মকু কেন্থবা, পাম্বেলগে
কুমজা কয়াগী লোইবৈ চুংশিং
নংবদা,
অথাম্বা থাউমৈগী নীচিংবা তোংহনবা,
কওমনখিমক্তা থবাক্কী লোমিং
হাম্বীরি তত্তনা,
তয়েং অমিত্তু থাদোক্তা,
থাংপোক্কী নৈতোং ওই,
মমী মমাউশিংগে হাংখ্রিবনি।
লৌবুক্তা লাইরোন্দু থাহনা,
অশংবা কুয়োমদা লোক্লুনা,
মূলা চিলনা, মহাকাম্বকী থাজাবু
মংদম্লি, নোংইন্না শক্তিপু
মীতানা, অমুবু [illegible]
অশংবা কুয়োম্‌দগী লোক্নম
লেংবা চমজরবা থম্নগী মঙাল্বা
ইকয়বা চৎকল্লে।
মহুতনা ন্নিকা, [illegible]

ঙই, থরাম্না কম্না চৈবেং ওইগ্নি,
মঙালগী থোংগাউদা ঙাকথোকচবা
ঙমজবা, থাংপোক্নদা লোৎচবা
মতম্না উপায় লৈখিদে।
ভিক্ষারী ওইনা থোংবাদা কয়,
অসুম্না হুংশিবা পীহুনা,
হুংশিবা লৈহৌ চুম্মীংহ্না থোপা ভিজনা,
লৈকোলদা লৈকাবু মতদম্না,
মীহুৎশিবু শৈশকপা ওইখি,
তম্নগী পুজিগীদমক,
শান্তি পাবা থাজ্রিকনু অসুম্না,
শাবা হুংশাগী থোৎচৎনা
মৈশালক্তা পহুংবু রোউমদা,
মীহুক্তা থাঙমদা থোংনাংবু
পীরম্মী অমূক্তং মথাদা
লোৎচগে হায়হ্না। অসুম্না,
থাংপোক্তি অসুম্না, অহুবু,
মঙলাম্বি মানথবাবি হুবেন কম্না,
চৌংথাব কম্না লাহোক্নুনা,
নোংইনথী থাবৌদা পুক্তিং তজং,
অসুম্না পংথখি পুক্তিংলে,
মথাম্মা থাউমৈগী তজংলাংদা থংহ্না।



# অহিংগী থাউমৈ ঃ ২৩

গুম্মৎলাংসিগী খোংশিংহুবুনি থৌরিবসে,
মুম্ম মুম্মদা তোংহুনা;
নৈমায়বু হায়দোক্লিবনি অহুগীদমক,
বিজ্ঞানগী যুগনি হায়হুনা অহুগীদমক,
এবিষ্টলদগী হৌরহুনা গুসি কাউবগী
পৈম্নবা চৌংহুমদা, অহুগা
সিারশিংহুদা মায় মারহুনা
লোইনাহনদা, লেপ্তুনা হায়দোকখিনি
নৈমায় নৈমায়শিংসে, খোঙ্গুলহুমক
থৌবদা, মৈরা মৈয়া চুথৎলিবনি,
অম্নুম অম্নুম কাথৎলিবনি
পোম্খৌচেক্লাশিংনা উকৈ অমদগী
উকৈ অমদা, খোঙ্গুলবু লৌবদা,
মুম্মনা পুম্মনিল নিংক্লি অম্নুম্মা,
কুকিলগী খোম্মাংনা অয়ুক থুদিংগী
উমং অাসদা, মুঙাইবা তমহুনা,
থবায়গী নৈনা কয়াবু কাউথোকপা
তম্লি, থবায়গী নৈনাসে অরেম্বানি
থগুলক্লবদা, ম্নারেপ ওইনা
য়েকপ্রবা হুরাখনা থম্লি,
চেনকমদো কৈদনো হায়না,
তম্নগী কোজোয়সিদগী নাম্হোক্লবগীদমক,
চাক্লুদ্রকপু চাথোকপা লোয়নগা।

অহুনা কৌচরোংশিংবু থংনবদা,
পোম্বীচেক্লাশিংনা মতু মশা থংনরি,
চিংনরি অমনা অমদগী,
অমগী চিঙান্দগী অমনা মুন্দুনা,
অত্তিয়া মকোয়সিদা অম্পুম্না
বিনাগী ময়দা পাচক্লি চিক্লবগী
তাম্বাবু যৈহুনা অম্পুম্না।
নেপোলিয়ম্না তোর্ব্বানগী
ঘাট ঘাটতা পাইশিল্লম্মী,
চাকলুকপু লুমহুনা প্রকৃতিগী
তম্পাক্তা, হুয়াম্বগী থুত্তগী হুয়াম্বনা
হায়বগুম তত্তনা পাইরক্লি
চেক্লাচা কয়া, দর্শনবু
হৈনরি, চৎলি যাত্রী ওই,
আশা অহুনা হৌনবী শক
চিক্লবা তমহুনা, লাংবা তমহুনা
তঙ্খৎলাংদা তারদা পাম্বৈ
লৈতা, যুগ কয়া হৌরক্লে অম্পুম্না,
চেক্লাশিংগী কোচরোংগা কোয়না,
ঈচেলদি তত্তা অম্পুম্না।
ইলোরাগী শায়েক থোক্তুনা,
তাজমহলগী ফুরা শাহুনা,
মথং মথং চাক্লুকশিংবু মুমহুনা,
চিক্লহুনা চেক্লাশিংনা,
শৈশক্লি অঙকপগী থৌদাংবু,
শৈদম্লি ফজবগী মীংলেম,,

নাপ নাপদা চংহুনা,
চৎসি, চৎসি, হৌরি ভক্তনা,
কৈদনোদি হায়দোক্কে,
ওন্নাৎলাংগী খোং অসি য়েংবদা।
অনুমা লমপাকসিদা,
মীৎলুদা তারৈ লৈতোইগী মরিক্তনক,
ময়ম অমা পুখোকপদা,
পুক্সিচুমা হোৎনরুই অনুমা,
অতবু ময়ম চামনা লৌ থংলম্মী।
অনুমা কুহাদা লংখবিরদা
ঙসিদি, কয়মা সমক্রবু কংগনি ?
কল্পনানা, অঙহৈবা শক্তম অমথক্তংদা,
পুনগনি কৈদৌঙৈ ?

কল্পনাগী চেকপল লৈরমদে,
খোংচৎকী চেকপলতনি থেংনরিবসে,
লৌসিদা পোথারবা যাত্রিকৌ,
অনুমা কপ্পনাদি চংশিল্লি
ছুরেল ঈচেলগুম,
নোংমদি পম্থ্ংদা তিল্লংনি আশাদা,
কালিদাসকী মেঘদূত কয়া
য়েক্লম্মী অনুমা যোগীগী
পোমিৎ কংছদা নোংথাংগী
মশেক্তা, খোংনাংথাছদা
যোগী কয়ানা কল্লম্মী,
শায়েক কয়া য়েক্তনা,

কম্ননাগী মাহোং ভোংহ্না
জগোই শারম্মী কৃষ্ণনা
বৃন্দাবন্দা, মণ্ডলানতমক
য়ানশিন্না তমহ্না ।

অহুবু কংলবোই খল্লুবা কয়া,
অম্মুম লাপথোকখি, অম্মুম লাপথোকখি,
নোংথাংগী মশেক্লুম মীকুপ্তা
মাংখি; চেকপলসিদি মকমদগী
লেঙদরি, মীৎয়েং খুদিংদা
শামরম্লি লীলাশিংসে,
নোংলৈ মুংশিংনা চৈথন চৈথন
পুথোক্কদ্‌না, উরুবা খুদিং,
পম্মদ্‌ং ওইরবোই খন্নদ্‌ খুদিং,
অমম্বত্তা কংলম্মী,
কম্ননাদা অম্মুম তারম্মী ।
অম্মুম্না তাউথরক্লি ওসিম্ন অঙোবা কাণ্ডাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহ্না,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা,'
লোয়ননা শকদ্‌না থরায়গী মিংশেলদা,
চৈত্তবু ওইহ্না জগোই শাথেক্কা
কোম্ননা, অম্মুম্না নিঙমদবা কয়ানা
মুণ্ডাইববু মীতাহল্লি,
নোংথাং ওই থম্মোয় লায়ুমদা
কুক্কেৎ কাকেৎ তৌহ্না,
কাণ্ডাগী জগোইগা কোম্ননা,

কম্লনাদা তোংহনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা নৈ[illegible],
চুথংলিবনি মৈরাশিংসে,
চাকলুক মশীং হেনগংলম্বতা ওইরম।

অহবু মৈরানি থম্, বা থুদি[illegible]
চিক্লবা লেপ্ত [illegible]ংসিদা,
মসিনা হৌনবী ওই,
উনাশিংনু হায়রি 'কর, কর'
মালংগী ইপোমদা তাউহনা।
মবী মম্নাউগী মশীংনু হেজংলক,
মজোল মশীং হেজংলক্লবদা,
নোংলৈনা লেপ্তরি,
য়াইবীনা চংলি মৈরা ওই
ওহাক্লীদমক,
অথাপ্পা থাউমৈগী সাক্লীদা
অমুম্না, পুম্নং লংথরে লবীশিংমে,
'শাগংপা লেপ্তরি পোংচাকশিংদি।

ꕥꕥꕥ

## অহিংগী থাউমৈ : ২৪

খুছুম চনপ্রবনি কল্পনাগী দূতিচু,
লাইয়ম্লেনগী অম্মা নুঙাই মশক্কদ্গী
চোকথবা লৈতবা থৌনাচু, য়াম্না
চেকশিন্না কুমথরক,
মোইবুংগী খোঞ্জেলদা পূছুনা,
মৈথুলকসিদা, অছুগা লাইরেন মতুং
ঙা ওইনা, হুংশিবা হৈনম লৈনমবু
পুছুনা লাক্লবা,
কল্পনা দূতিবু খুছুম
চনপ্রবনি কয়ারক,
অঙবা মতিক কোংদোক্দনা,
লাম্মী কয়া মথবায় থাপ্রবনি,
'থায়াত অছুবু' থম্মোয়দা কদ্মছুনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোনা চৌংছুনা,
থৌরাঁসিদা অমুম চৎথি,
অমুম চৎথি মালংগী শাছমগা
কোয়না, তাম্হাছু থম্মোয়দা ওক্লনা।

অছুগা মুনতয়ংগী য়কেটসি শাপ্রবনি
চেক্লাচা কোটিগী মতিক
পুয়মক তাশিন্দুনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোনা চৌংছুনা,
কল্পনা দূতিবু কদ্মছুনা,
নং ঐগী য়ারী কয়া ওইরি,

চিহ্নাং ওইনা শোম্নরি
শংক্কানবা অভিয়াসিদা পুম্নমক
ওইবগুম,
অপাবা লৈচিল নেংংকাইদগী হৌহুনা
মুশিন মুবা নোংছৌগী হৌকম
ওই, তাইবংগী থবায় হাপ্পীহুনা,
কল্পনাগী মমি অমগা লোয়ননা
লৈকোলসিদা,
পোকপতা ভায়রিবা অভাংগী
মীকপতগী হৌরহুনা শিরমদাই
অহলগী নাহেখোল কাউবদা,
কোইপাই পাইরি মৈথৎবী ওই
কল্পনা দুত্তিনা,
কবিতাগী ইনোৎ হাপ্পী।

হায়রিবা কবিতাসি লমায়দা
তাবা ময়েকশিংবু নত্তে;
তাইবংগী হৌকম ওইরিবা,
অনন্তগী মথাদা লোৎলিবা,
অন্তর অন্তরদা সমক্রগী
যোরায় ওই ইনোৎ লেপত্রিবা,
স্বরগী কুমৈ অহুবুনি;
মীৎমাংদা তায়বা পোৎচাকশিংগী,
অওকপশিংগী ফংকম লম্হাং,
থুনকম অহুবুনি।
অম্যুম্না মশক লৌরিবা কল্পনা-দুত্তি

অন্তবুনি থম্মোয় থম্মোয়গী
লৈত্তেমদা তারিবসে,
হিমাউবু ওই ইপাকসিদা,
ধ্রুবতারাগুম পুক্নিং শুক্নৎলিবা।

অহুবু কপ্রিবনু কিবদগীনি,
হিনাউসি তাপ থুৎনা থাঙৎপা।
গুমত্রবদা, লাপ্পা লাপ্পা লেপ্তুনা,
খৌনিঙ্গনতা কুমজা কয়া হৌখরে,
তৌগবা মখোয়শিংগী
জয়ধ্বনিগী মীনোকলক্তা,
থাগুমদে থম্মোয়সে,
শোহুবদি অনুম অনুম হেক্লিললক,
মায়থীরবা লাম্মীনা পীবুক্‌ংদা,
মখোয়গী মত্তৌ য়েংজবা গুমজত্রে।
খুত্তমবু চন কল্পনা দুত্তিবু।

অহুবু লম্মুক্লয়বা খোইমু খোইরানা,
অন্না অনং, নিওমদবা অমম্নুং
অশোথগী বিনাবু খিংহনা,
কনাগী নাপদা চংজরি?
অমথদয়া? অতাথদরা?
থংদে, থংদে, কৈদনু থংদে,
শিঙ্জনি হমাংসিতদি,
লম্মুক্লবা মৈশা লাংহনা,
লোয়ননা লৈরিগনি,
মহাবীর বর্দ্ধমান উমংহদা,

বিন্দু অমদা,
লোয়ননা ভোর্বান, অনৌগী চীয়াইদা,
কোয়না গঙ্গাগী লাইকপা,
হৌজিক্কী মহু চেন্নবা।

ওইনমক পোখাবা য়াত্রে,
নৈথোকপা য়াত্রে তুমিন্না,
চাউরবা মাখোক্তা,
খুৎপাইহনা চিংশিন, শকক
য়ামিন্না, কৌরকপদা কল্লনা দুতিন্না
মঙলান্দা কাইহৌহনা,
মীকপ থোকহন্দুনা,
থোংচৎনা অমুম শনথ্রবদা
সুংদি সুং ওইনা,
কল্লনা দুতিনা অমুম্না
অমুম চংশিনখি, আকাশকী যাত্রা
তৌহনা অমুমতা শাগৎলি
লাইথৌশিংসে, লোয়ননা
চুরুই অমুকম্ব চুমথাংগীলক্কো,
কয়াম্নক কল্লনা দুতিবু
পীবুরুংদা ক্‌মহনা।
অহবু থম্মোয়না নৈরমদে কৈদম্বু,
খোঙ্গুলনা কপলি ফিগাউ শানা,
শল্লহনা মচু মনম নৈত্রবা
নৈকোলমদা, কায়রবা মিংশেলগী
সুংগ্রাই চেকাইলক্কো, ঐগী

মঙলাম্দা অহ্রো,
কাচিন কোয়াদা থনকম লৈত্তা,
থোক্কো ইকহ্‌নবা থম্মোয়গী আশীর্বাদ ।

অহুবু মীকুপ্তা মাংখি করিগুম্বমা,
থুং ডংলবা ঐগী ইহুংদা,
কায়ত্রে থম্মা রাম্বখি,
অমম্বদা ডিনখি ।

অম্মুমা ঙসিসু ডাউথরক্রি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ডাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
উত্তাংবীগী লৈমায়দা,
অম্মুমা ডাউথরক্রি অঙোবা কাঙালিং,
উত্তাংবীনা লাকশিল্লকপনা অম্মুম অম্মুম,
ইতিহাসকী লৈমায়সে,
শন্দোকপমথৈ সঙ্যভানা অম্মুম অম্মুম,
উরিং মহুমগী শিংলিশে,
উরিং মহুমগী পৃথিবীদা,
উত্তাংবীগী লৈমায়দা,
থেঙঙ্বা খুদিংদা থরায়না লেপ্লম্মী,
অঙোবা কাঙাশিংনা ডাউথরকপগা লোয়নমা,
'মৈথুগী ইপোমদা ডাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,'
কম্লনা দুক্তিনা ইশন শম্লক্রি, অম্মুমা,
অন্তর অন্তরদা সমক্রুগী যোবার ওই ।

***

## অহিংসগী থাউমৈ : ২৫

লাকমনু মখোয়শিংসে ইনাক্তা,
থীররোই য়ায়ী লৌথুন অমত্তা,
অউবসিমল্লা অগ্তুইবা শকক্‌না
থাবল্লুপামজবী নোংইমা,
থাদোকপত্তমক ভুন্নি, শুপ্নগী
হৌজিক্তুংগী থাখলদা লুপ্তনা,
ওানা ঈশিংদা শান্নবগুম,
প্রকৃতিগী লীলাওংবু তুংইনা,
মখোয়গীলক্তা কমত্তুনা,
থুত্তা চুংথং পান্নতুনা, চুংগী
মপৈশিংবু থুগাইতুনা শান্নখিনি,
অহিং চুংখিল পোথাক্রবা থম্মোয়গী
মৈচাক কয়াবু মখোয়দা অদুম
কখোক্লনি, অশেংবা প্রেমিকা অমনা
থম্মোয়গী চুংশি ঈরিক পূথা
প্রেমিকী মকমদা কখোকপগুম,
মখোয়গা কোন্ননা কুটারবু থৌতুনা,
চৎকনি রকেটপু পাইমিন্না,
অকবা শকক্‌না মখোয়গা কোন্ননা।
অদুম্না থাদোক্লনি য়ায়ীগী লৌথুন।

অহবু অকিসত্তা পৈরিবা চেগী
ময়েকশিংসে শেমদোক শেমজিন
ওমখিনি, লমজেল তান্নতুনা,
থাবলগী ইপোমদা অহিং তুমদা,

খোংদমছনা য়োমিও অমসুং জুলিয়েট
কয়াওম, লৈকোলদা চাউগনি,
ওইছনা কাউজন থীবা মীওইবগী মপোক্তা,
থীরুদনা বায়োল কয়াবু ।
অছুবু কর্মিগীনো থংদে,
য়াশকসে ইলাং লাংই তত্তনা,
মীৎলুগী মঙালশিংনা হমজিল্লকখি,
থম্মোয়দা অমবগী নোংলৈ:
ত্তোল্লি, ত্তোল্লি, থৈরখি,
কাখবা ওমদা ইহৌশিং,
অশোবা শক্তম্না অনুম লাকশিল্লক,
নোংইনবু লংথনা হাইহৎলৈ মঙলাম্দা,
মশক্তি উহৌদা শকলোংপা ওই,
হায়ছনা নোংইমা থাঙবা ওমদা,
মালংদা কোইমা মা,
অমত্তন্ন কংজ্রবদা,
থাবলগী ইহৌদা স্টেচু অদ্‌দা
কদ্‌ভিম্নুনা, চৈনা কয়ারক
থাংলৈ ঐগী মঙলাম্দা ।

অদ্‌বু অথাপ্পা চৌংয়াগী
থাউমৈগী মুশি মুশি মীকোদা,
অয়াবা ইনোৎ ইনোৎতা
কাউগৎপা তম তাইবংগী
শক্তমসে অমুক্তংগা উবখিগে
হায়না তাউদ্‌না, অনুয়া
অথাপ্পা থাউমৈগী মৈয়ানা লল্লবদা ।

ম্রেকেদিনা থুহুব চেখিবা অমুনা,
কাউববা রাথলগী ইপোমদা
তম্মন ওই, হুকেম কাকেম তৌহুনা,
দূর্গগী রাংমদা অঙাউবা
অমগুম কোয়চেন চেন,
মতম লেবা তল্লিবনি
উনাশিংমে থং থত্তলা
হৌথিবা থংহৌদা, বসন্তগা শিংনবা।

অদুবু, তাউথরক্লি অঙৌবা কাওশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমবা নোংনৈনা কংবদা',
মৈশেংগী দুরদা হকচাংমে লুপ্তুনা,
থম্মোয়না মৈকুদা ওইরবু,
মালংবা দুংশিংনা হকচাংদা হুরকপদা,
থেমজিন মাইহৈদা তাহুনা,
মন্ত্রগী মাইহৈদা থমাইহুনা,
অগোই শাবক্লি অঙৌবা কাওশিং,
মৈয়োমিনা উং ওন্নিত্রিবনৈদি ওইরমদি,
রাশকপু কাঙাগী অগোইদা লুপ্তুনা,
অনৌবা য়েন্নিংগী কৈরাদা তাহুনা,
পৃথিবীগী মেপপু হায়দোক্নুনা
তম্নগী নম্বী থীবদা,
অউবা নম্বীদা থাত্রামে,
[illegible]

মথোল কয়াগী চুরাদলাসনা অকোয়বা
পুমকোয় কোয়শিন্না চৎকদবা
লম্বীদি ওথোক্না খাংপ্রবদা,
থাউমৈগী মীকোদি অথাম্বদা
চৎত্রিবনা ।

অচুবু খুমুবদা থম্বোয়মে চৌংথাইবতা, ওই
যমত কয়া হৌপ্রবদা,
অকাউবনা অনুম লাক্শিল্লবদা,
উনারানাশিংনা অনুম কেনখিবদা,
চিংনদবা ওমদে, চিংনদবা ওমদে,
খু'ইদগী মীংলুদা 'মনি' ওইবা
অচগী হুংদম চুটকী চুপ্তি অমা
অমুম্না নৈবনা,
অমুম্না অকিবগা কোয়না চিংনদবা
ওমদে, অওইবা মূর্ত্তি কয়াগীলক্তা
চিংনদবা ওমদে লমকোল, তাম্বিমরিবা
পোয়নবশিংগীলক্তা, চিংনবনা অমুম
খেজিরক উনা রানাগী তাম্পাদ,
নোংজু কয়াগীলক্তা, ওইনমক,
অথাম্বা থাউমৈনা খৌজিন্নি,
থবক্তা লুম্বা কর্মচারী চিংখোক্‌না ।

# অহিংগী থাউমৈ : ২৬

অময়োমদা, কাউরগে থম্নংবা খুদিং
অরেম্বতমক ওইরম্বী, মতমতমক
মাংলম্বী কাউনবা হোৎনরুবদা,
কয়না দুখিনা খুমকম অসি
থোক্লিবমথৈদি, লৈহাউসিদা চাউদবা
ওমদয়ে, থাদোকপা ওমদয়ে
নোংইম্না মতাম মথেক অমত্তন্ন ।

ঐবুঙদি মায়োইবীনু, অহুগা
লিংথাবীরুম্নু ।
অহুবু, তায়রে নোংজুনোংলৈলকসিদা,
লৈশাংশিংসে প্রকৃতিগী লীলানি
থম্না মাউরুবখিনি । অমুম্না,
খুমকমসিনা সাক্তীনি;
নোংইন্দি অমুম পাইথনি থাবলগী ইপোমদা
লৈরাংশিংমু অমুম শাংপনি,
কয়না দুখিগী থায়েক্তা,
মত্তোমত্তা কাউরকপনি লৈচিলশিংসে,
সাটান অমম্নুং ঈশ্বরগী শক্তমদা,
কয়না দুখিগী খুৎনা লৈয়ি অসিমক
চিংথিবনি, থারহুনা
মথক লোৎপা শকলোৎপা,
চমু অসিতংবুদি মাংদা থম্নীহুনা,
মাইবীগী খোংচত্তি লোইদা,

তাউথরক্নি অঙোয় কাঙ্গাশিং
'মৈথুগী ইপোমদা তাউছনা,
অমবা নোংলৈনা কংবদা', অপুম্বা,
হুংশিবা কোংথোক্তনা যবীনা
যমাউবু, থিজনা চেক্পাশিংনা,
লৌবুক অমাং চিংথোক্তনা,
মায়া মরিচিকাদু তানহল্লি,
কয়না দ্রুতিনা শৌজিন্নুনা।
অছুনা লেনখি মীকুপ কয়া
অহাংবতা লেংছনা, মৈথুগতা
শারছনা, অপুম্বা লৈতাবা
শাথরে যবী কয়া,
তপগী ঐথৌলাংবদগী।

নোংলৈ কয়ানা থুদেকপীরবসু
উজাউ কয়াবু, উপালশিংদি ওইরক্লি,
অপুম তাথোইরি অপুম্বা
ইথুংদা লেম্লিং হবা লেপপ্রিবনা,
লংলা অসিদা চত্তুনা,
অপুম্বা নোংজু ওইনা থিকথরক্লি :
থরনা 'লিয়ার্স চরারগী' লমজেলদা,
অওকপগী থোজুলবুতা লৌছনা,
থিকথরকই নোংজু কয়া :
সুরগী ইপাক্তা তাছনা,
অথাম্বা থাউমৈগী মীকৌদা থম্মোয়সে
তথক্তা অপুম্বা মচি থিনগংলকপতা

ভাম্নরিবা শক্তি কয়ানা,
কোয়চেন চেবগী দৃশ্যদে উবদা,
পৃথিবী ইমানা মোমোন খীনোক্তক,
মতম্বাক্তা মচাবু থৌজাম্নি
হাম্নদবা ভন্নোই,
থম্মোয়গী খোহাংদা তাম্বাহন্মা!
মরু ওইরবদা, নুপ্রবদা নুংশিগী,
ইয়াইদা ।

নোংজু কয়ানা অম্নুম্না ককেক্তি,
অথাম্না থাউমৈনা থৌজিন্দুনা,
চৎসি, চৎসি, কৌরকপদা,
অম্নুম্না থাওমদে থম্মোয়সে ।
মখৌ পোংনা খোংলি,
পাউতাকশিংবু লৌহুনা,
লম্বী লম্বী চত্তুনা,
খোংচৎ কয়ানা ইনিল নিল,
পৃথিবীগী ককববু চিংখোকপদা,
অহেম্বী তামরি অম্নুম্না লমজেলসিদা ।

উমংশিংবু অমুক ককথৎহুনা,
অমুক শাগৎহুনা উমং কয়া,
লৌখোক লৌশিন তৌহুনা
তোর্ব্বানগী নুংঙ্গাইশিংসে,
পোথাবা হৈতবা আম্বানা কোইশিল
নিল্লি, মীংচৎকী ময়াইদা অম্নুম্না
পাইরি চেক্লাশিং অতিয়াদা,

পোথাবা নৈতা কুকিলগী মুরবু
পান্মুনা, পৃথিবীগী মীংসেম্‌দ পোম্মুনা,
অমুম্না তাউথরক্নি অচৌবা কাঙাশিং,
'নৈথুংগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংনৈনা কংবদা' ।

কন্নরি অঙবা মতিক্না
থম্মোয় লাইযুমদা থোংখ্রাই শরুদ্‌না,
নৈরাংশিং নৈকোলদা ঙান্নরি
তম্মগী, মহাকাব্য লেংনবগীদমক
ব্যাসনু কমনৈ নৈকোলছদা,
ঈশৈগী মুরমা ঈচেলবু পুহনা,
মমক্ত তন্না······

অমুম্বা কাউরগে থম্লুবা
অরেম্বতমক ওইরম্মী, মহাভারতকুম্বনা
মাঙদা লেপ্লবদা থাজবা
তমথিদে, ঙুংশিবনা অমুম
অমুক লাকশিল্লক, পীরাং
পীরাংদা তারম্মী 'মুরহুমক,
তনিক তনিক শজিক থাবাওন
ওহাক্তং পৃথিবীবু থম্মোয়দা
য়োকচল্লই, মালংবা অহুবু
তরায়া ওক, মীকুপ্‌স্‌দা,
শজিক থাবাগী মীনোক্না
বিশ্বব্রহ্মাণ্ডসিবু উজবা কংবদা,
খুদোংচাবা লৌনিংছনা,

মখোয়গী মতৌ তমম্লনা,
খুৎসিমক পোখাছনা নৈনিংখিদে,
চেক্লাগুম কোইপাই পাই
য়াখলদা তাম্লনা, কল্লকখি,
মখোয়শিংনা হিংসা অমসুং অহিংসাগী
লাম্নংদা শিংনবগী মৈরী চুরখি ।

অসুম্না, অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোন্দা পুহ্নুনা,
কোক্তা ঈশাইক্ন্দসিমক থোংখি ।

অছুবু অয়াবদি,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোন্দা থাওমদা,
লোয়ননা কায়প্রবদা ঈশাইক্ন্দো,
অহাংবদা কোইগাউনখি, অছুগা
মচা কায়নরবা ম্বীগুম কোয়চেন
চেহ্লুই লম্মাং অসিদা,
শিবগী চৈনা অমসুং অকিবত্তনা
ওইরিবা নিংথৌগী চৈয়াক্তা,
মালাংসিদা, শাসনছুগী থাদা,
লৈয়াং লৈকোলছুদা কম,
খোইমুগী খোম্মাংদতা কাইদোংলুই,
ঈশাইকুনা চেক্রাই ওনথ্রবদা,
পুক্লিগী থবায়না লোৎথ্রবদা,
মালংদা অসুম তিনখি, অছুগা,
চেক্লা কয়াগী কায়দোংকমতা
ওইখি তত্তনা ।



## অহিংগী থাউমৈ: ২৭

মহমসিদা মহুম ওইরবতনি,
মথোয়সে মতিকপু কোংদোক্লহনা
পুন্সিংগী লমতাক অহল্লা,
খার্দা লুপ্তদনা,
তপগী হিংখগী মিংদা
হয়াখওম যাত্রা তৌহনা, অমুকক
থম্মোয়বু হয়াখওম কিথদ্রক কিরম
লোতদনা নিরভিগী কলমদা,
খুৎলাইবু থাদোক্তা খুঙগী।

মপাং কয়ানা, অমনা
অমবু হজোইরি, চংবদা
কিনরি গেইটতুদা,
মহম মহমগী রিক্লেম্পা
থোক্লিবনি ত্রামাগী লৌচিংসে,
হুমিদাং য়াচংবা মতমদা
য়াতোম্পা, চেক্লাশিংনা বায়তা লোতদনা,
মশা কয় কয় হাই হুমিদাংবাই
ওক্ত্রাবা মতাম মশেক্তা,
অগোইগী কুম্মৈ লাখওম তথকই
থম্মোয়সে।

মীৎলুদা কদ্রজিল্লি মশাশিংনা;
কায়দোংদৈ থম্মোয়গী আক্লাবা,

লৈকোলদা থোইমুনা মুংশিগী ইপোমাংদা,
অপাম্বা বাখলদা থৌশিন্নুনা,
মীৎলুগী মীংশেল মীংশেলদা থেৎনথি;
অহুগা শৈশক্লি, মহুমশিংহুলগী
কৌনরি থম্মোয়গী থৌশিলদা
ইকো শংহুনা ইনাং লাংলি
শৈশক্তা ইনোৎ হাগুদনা,
মীৎলুগী মীংশেল, মিংশেলদা তাহুনা,
জ্ঞানগী থাউমৈবু শিম্নবিবদা খুৎশিন্না:
অথাম্না থাউমৈগী প্রভাবসিত্তং
থাদহুনা কোকসিদা অম্নুম্না:
খুহুংবু লীবদা,
তম্মনুদি লেপ্তুরি, অহুবু
লৈরম্মী অমাম্বা মঙালকুয়োম্মদি,
মরুবা লাইরিক্কী লৈবায়শিংদা,
অতিয়া মকোয়না অমাম্বসাগী
তমপাক্তা কমপ্রবদা অহুম্নু।

অম্নুম্না তম্মন কয়া কারিবনি
শাদাম্বা শাদামনা, মহুম শাহুনা
উপালসিদা মৈয়াম্বী অমগুম
আম্বাগী পামেলদা, কয়না-দুতিম্না
হম্বা মায়কৈদা অম্নুম
খোংদমহুনা, অম্নুম্না থম্নায়গী
মুঙাইবা কয়া হৌপ্রবদা,
হেম্না হেম্না কমকোটৈবল ওইরক্লি
মহিংসে, তম্মন তম্মনবু

কাহনা, থুহম চন্থুনা,
তোর্বানগী চুংগ্রাইশিং থুন
থুন্থুনা, অদং অদংবা মচু
মচু শেন্থুনা মণ্ডলানগী
থোঙদ কয়া তাথরে ।
অদুবু মীৎলুগী থোংচত্তি লোইনাইদা,
মীৎলুগী কুপ্পৌদ তংতবদা,
প্রকৃতিগী মিংশেল মিংশেলদা,
মণ্ডলানগী শায়েক থোং
থোঙ্গনা পাইথিবনি চেক্লাশিংনা,
কৈদনো তমহৌদা,
লোৎকম কৈদনো থংদা,
উৎকী মপৈদা শকপ্রবদা চেক্লাচানা,
প্রকৃতিগী মিংশেল মিংশেলদা,
শায়েকসিত্তমক নৈরপী,
পুক্লিংগী সমজ্রনা তাইবংদা চোংথোক্লুনা,
শায়েকশিংনা থুদম ওই ।

থরনিদি পুথিরে অদুবা মহোপসিবদা,
হকচাংদে বিশ্বব্রহ্মাণ্ডদা অমুক থুপ,
বিশ্বব্রহ্মাণ্ডনা হকচাং পোলাংচুংদা অমুক চং,
অদুম্না কেক্ত লোৎপী শামরি,
দুয়না ইবোৎ হাপ্পীরি ।
অদুবু চুংশিবা দুয়না অমুকদু চোকথহনর
পীবুকদে, বিথপা অদুম শায়বদা,

থম্মোয়গী পনথৈ নত্তনা পম্বদুং
অমত্তম্ কওমত্রবদা, গোলহুমক
চম্বা ওমত্রবদা,
অনুম শন্দোকখিবনা, অনুম
শন্দোকখিবনা মহাকাশসে,
অওইবা শক্তমদা মপান নাইদবনা
অনুম কাউনা চংখিবনা থম্মোয়হুংদা,
কৈদনো থংহৌদা,
পনথৈ অহুগী শায়েকতমক ত্তাহৌই।
চে অঙৌবদা মচু মচুনা অনুম
ত্তাহৌবগুম,
প্রকৃতিগী মিংশেলদা ত্তাহৌই,
শায়েকশিংনা গুলাপকী লৈনম
য়েল্লকই মালংবা মুংশিত্তা
ঈয়োইনা থম্বায়গী খোংথেল
থাজত্তুনা। অহুবু,
মহাকাশাত্ত অনুম শন্দোকখি,
অনুম শন্দোকখি, থুংসনা কাজবা
ওমহৌদে, চেন্নাগুম কৈজাদা
ওহাক ত্তোংলল্লগা কৈজা
চংশনা থংহৌদে, হৌখিবা
মতমগা কোয়না অমম্বনা মরুত্তা
ওইরকই অনুম, কাথবা ওমত্রবা
পীবুক্তা কাইহৌহুনা।

অহুবু, তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমখা নোংমৈনা 'কংবদা',
শায়বগী মঙলান্দা তাউহুনা,
শগোই শাথেক্কা ঈরুপ্পা,
বকুল চরোংনা হাইবগুম,
কায়দোংমৈ মঙলান্দা ।



## অহিংগী থাউমৈ ঃ ২৮

গুঙ্কাংপা সুরদা তারবনি থম্না,
বকুল চরোংদা মোনথাংনরুবা,
অহুমরুা ইরাল ওইরবনি ; ঙসিদি
কোকিলশিংগী নাহেথোলনা তাগুম
থিল্লরে ; থুহুগী মশাদা শাদাবগী
তেম্না পাবগুম,
দশরথকী পাল্লবা সর্বনকুমারনা
থুত্তা ঈশাইকদ্ পাইনা তিংদম
হায়থবা অহুগুম কুকিলগী
নাহেথোলনা মাংহনথরে ;
মেকদ্না শাময়বা আদর্শ থুদিংমক
মৈরোয়া কুপথরে কুকিলগী
নাহেথোয়ক্কা, থাম্বা য়াত্রবা,

মতোমক্তা চেঞবা প্রকৃতিগী
মেশিন্না অমুমা অমুম থোক্লবদা ।
অদুবু, তাউথরক্লি অতৌবা কাওাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংমৈনা কংবদা',
তাওমক্রবা নাহেথোক্লক্তা,
করিশীনো থংদে,
যোগী অমত্তম থুংমচাগী মৈরি
মশীং থীজনা,
অমম্বদা মওদক্লি থোইদৌ করা ঃ
মেহিনগী থোকেন্দা থাওমক্রবা,
নাপগী পর্দাসে কাউহনা,
কৃকিলগী নাহেথোলগী পোৎলুমবু
কোক্তা থোংহনা, অমুম্না ।
তুরেলগী ঈচেল্না অমুম্না চেহরি ।
অহুবু তাবু কাওাগী ইপোমদা লুপ্তনা
চোকথরবা লবী চৎপগী থোংনাং ওই,
বিশ্বামিত্রনা আকাশকা শোক্লত্তম,
ধ্রুবনা অচেৎপা লাইনিং পরৈগী
পাত্রা ওই, পুন্নক তিম্নরে,
প্রকৃতিগী পোৎশক পোৎশক্তা,
পেমিৎ পোরম শকতাক্তনা
পুন্নক ওইরে,
কাওাগী ওথোই তাবাদা,
স্বর্গগী থোংজেংদা য়াকাইবগী
কাংশিবু থিংলকপগা লোয়ননা ।

অদুবু মঙলান্দা লৈরমত্রে পোলোয়দা,
তারমে মিংশেলসিদা,
অহাংবতা' অহাংবতা, ওহাক্তং
তনদা অমুম তিন্দুনা,
লাইর অনং লৈতবা, মচু লৈতবা,
অহাংবতা, অহাংবতা। অদুগা,
ওইরম্মী বোকুল চয়োংদা
মোনথাংনরুবা, হুংশি মঙলান্দা তাহনা ওই,
অমুম্মা বোকুল লৈরাংনা তমকপা
করিগুম্বমা, নাপদা চিক্লা,
বাই, বাই, হায়রিবা : য়ৈরক্লি
তপ্না, অমুম্বা বোকুল মখোংদা
ফম, মীংলুগী থাউমৈদি মুত্তা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
লমখেল তাম্নবীদা তাউথরকপা,
অঙৌবা কাঙাশিংনা ওইনমক;
ওইনমক, হৌধ্রবদি হৌধ্রমক,
বাই, বাই, হায়নমক ;
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
ঙানখৎলকই মৈরী কম্না বসন্ত
হুংশিং ফংবদা য়েম্নিং য়েম্নিংদা
চংহুনা।

অদুনা পুমশন শনখে হায়রনি,
অঙৌবা কাঙাশিংনা
তরাং মালংদা, মথং মথং

শন্দোক্তনা,
লোয়ননা কেনগ্রবদা.
বোকুলগী চয়োংনা চেমায়দা
শায়েক ওই, চুশিনহৌবনা,
খোঙ্গুলশিং য়েকশিনহৌবনা গ্রহগী
ভম্পাকসিদা, চেইন রিয়েক্সন
ওইরক্লি, অমুম অমুম হেনগৎলকই।
অহুবু অচুম্বা অশেংবদি হেনগৎপা
শুমদা, ইরিল অমত্তগী মীংলেম্দা।
মশাশিং তুংইন্না : শাশিম্বা, ভাং,'
অমন্নুং হুয়াম্বগী টেকনিক্তি,
হৈশিংবা পোমিং লৌশিংনা
ভাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাগা ঈয়োইনা,
মশিংনা অমুম হেনগৎলক, অমুম
হেনগৎলক, অচুম্বগী মূর্ত্তিদা মিত্রং
শান্নহুনা, খুত্তা পায়রম্বা চেবাংদো
কৈদা চৎখরে, কৈদগী লাকপা
লৈপরেংনো খংদে, পঙয়াম
য়ামখৎলকপত্তা ওই।
মথংদা,
ফজবনা অমুম হেনগৎলকই,
অমুম্না ফজবা লমজেলগী ভাইবংদা
লীলাবু ইবদা,
চিম্বান্দা ভোংহুনা, ঈঙ্গিৎত্তা ভমহুনা,
খংহৌদে খোদোদা চেবাংহুমক,
পৃথিবীগী কুয়োমনা, অমুম

ফকথরফপগা লোয়নরা,
তুংশিনবা মীওইবগীলজ্ঞা।

অসুম্না তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমথা নোংলৈনা কংবদা',
পাউজেল, পাউজেল তৌহনা,
শেমদোক শেমজিনগী বিস্তাদা,
খোইদৌসে তোংহনা,
কাঙাগী জগোইদা তাউহনা,
কল্পনা-দ্যুতিনা লমজিংবী।

কিটসকী পাউজেলহুমক,
'অচুম্বনা ফজবনি, ফজবনা অচুম্বনি',
ওইরমগনি, গ্রীসকী চক্দবু শৈথাবদা,
খোজেহুমক,
অচুম্বা অমম্থুং ফজবগী নক্সবা মরীবু।
অহুবু তারয়ে অসুম্না,
শাশিথদগী ফজবা খোরক্লে, মরমদি
মখোয়গী চিম্বানশিংসে উবদা,
অঙোবা কাঙাশিংগী জগোইগী তাহাদা
শক্তিগী প্রতিক ওইনা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমথা নোংলৈনা কংবদা'।

অহুবু চয়েৎনরবা মীকুপ্তা লুপ্সিবদি,
কৈদনো য়াইবাগী কাইদোংফম :

অচুম অয়ান অনিনা পুম্নবা
খোইদিংলকসিদা, মচুদি অমত্তা
ওইগ্রবদা, কুকিলগী নাহেখোল্লক্তা,
কোইগাউনরবা কোকসিদা কৈদা খীরুনি,
করিবু খীরুনি, মীনোকমৈশালক্তা লুপ্লবা
য়াইবীনা কোইগাউনবা নত্তনা
পাম্বে লৈখিদে।

অর্থাপ্না থাউমৈগী মীকোদা খাঙমদা,
অম্ময়া কোইচা চারম্মী চেক্লাশিংনা,
লক্ষাংসিদা অম্ময়া,
কুকিলগী নাহেখোলগা লোয়ননা চেম্বরম্মী।

***

## অহিংগী থাউমৈ : ২৯

কোম্মোংথিংলবনি সনাকোম্মুংসে,
খোঙাকপা অত্তনা কোইগাউননা
ভরংদা ভারবদা, দুর্গগী অকোয়বদা :
অফিসতা, স্কুলদা, কলেজতা,
কারখানাদা :
কোজোয় কাজিন লরায় তালু,
বলগুম তাউরবদা,
মুরগী লীচিংনা চিংথুনা,
খোম্মাং য়ৈনা কোইগাউননা,

হুণ্ডাই, হুণ্ডাই, তাম্বাদা,
নোংকৈনা পুক্সী মখোলগীলক্তা ।
অছুগা করম্বা অহিংগী শাহেমদা,
নিম্লক্লি, নিম্লক্লি,
প্রকৃতিতনা শাম্নৈ মনিং তম্না,
বোকুল মখোংদা কমছুনা,
জ্যোতিষিশিংগী খোর্জেন্দু লোয়দরি
ধ্রুবতারাবু য়েংছুনা, প্রকৃতিগী
মিংলেন্দা হিনাউসে পুনিংবা
মায়কৈদা পুছুনা, অসুম্না
পৃথিবীগী কাচিন কোয়া
চিথহৌদা লৈমায়দা ভাররে,
শায়েক ওইনা জ্যোতিষিশিংগী
খোর্জেন্দগী চেম্হ্রকপমক্লা
মিংশেলসে শেমছুনা,
ধ্রুবতারাগী খৌজালনা থম্নুং
থম্নুংদা লোংলবা মতমদা,
মতৌ কয়া শম্পোরক,
লেপ্লবনি লম্বকী চেক্লাচাম্নু,
কৈরাদা ওইত্তনা
দূর্ব্বিনবু খুত্তা পায়জবা কংলিবনি ।

অসুম্না খোংচত্তা হুণ্ডাইবা পোক্লক্লে,
অসুম্না বোকুল মখোংদা কমছুনা,
বিশ্বগী স্থরনা নিম্লবদা,
সনাকোন্নুংগী চিংখাইরবা ফুরাদলালগী

হুংগ্রাই চেকাইলক্তা, অয়ুক
অঙম্বা হুমিৎকী মশেল্লা ঞৈরবদা,
বিশ্বগী স্নুরনা কাইদোংলথি,
পোম্বীচেক্লাশিংগী থন্নুংদা লোত্তুনা।
অহুনা দুর্বিনসিমক্লা লৈমায়দা
তারবদা, শাংলবা যাত্রাগী হৌকম
ওইনা, বিশ্বগী ইনিললক্তা,
হুংশিবা লৈনম্না হারবা লৈকোলসিদা,
সৃষ্টিগী অয়োম্বা লৈরক্তুরে;
উদে উদে লাউরম্বা লৈশাং
কয়াগী লৈশক চিংথোক্তুনা,
সৃষ্টিগী শায়েক্লা মীৎমাংদা তাররে,
মঙানগী তমপাক্তা তত্তুনা
কমহুনা, মচাগী হুংশিবা
মীনোক্তা মমাগী থম্মোয়না
কৈদম্নু লোত্তুনা থম্বা ঙমখিদে
অম্নুম্না লনশিংসে, অম্নুম্না
চিংথোরক্রি তত্তনা থম্মোয়গী
মঙালদগী হৌহুনা ময়ম
খুদিংমক মথং মথং,
মতমগী কোঙোয় থাদোরকপগা
কোয়না মথং মথং,
হুংশিগী শায়েক্তা তারবা মচুনা
হায়নিঙাই লৈখিদে, থাদোকপা
নত্তনা।
অহুনা ঐনা পোঙজনা হায়রি:

অশিবগী যাত্রাদা, নোঙ্গুমলবা মতমদা,
মোংকম লৈরোনগী খোংচত্তা,
পুন্নমক পূত্থনা চৎখিনি,
লমাইগী ওইমা পুন্নমক লোৎকনি,
থন্নুংদা ওম্লিবা বিশ্বগী স্নুরসে,
দুর্ব্বিনগী মঙলানসে থুত্তা,
তুরেল ঈচেলগা কোয়না
চেষত্থনা পূন্নমক, তুরেলগী
কাউশিংগুম অম্নুম্না থন্নুংদা,
তায়নি শোয়দনা স্টেচু ওইনা
মতমত্থদা, ঙায়নচিংদগী
চেন্থগদবা ওয়বা ঈচেলগী
আশাদা, অম্নুম্না অম্নুম্বা
হুংগ্রাইশিংসে অমমমত্তা ওইনা
থুনগৎলিবনি।

অত্থবু,
য়ুন্নবা পাত্র ওইবনা মরিক
অমত্তম্ন তুংত্থনা লৈয়ু য়ারমদে;
মহৌশা, মহৌশা, অম্নুম্‌তা
ওয়ইরম্মী অহাংবদা, অত্থগা
মহৌশানা তাম্হোয়কই,
মহাক্কী তাম্বাদা শোয়খিবা মীকুপ্তা,
মাঙতাকপগী মূত্তিনা লম্বী
থৎখি থংহৌদনা,
খোংচত্তা লমজিংবা মপোক্তা,
পাত্র খুদিং অয়ুবা

ভাক্তা ওইরম্মী; অদুগা পোলাংনা
অম্মুম্না লৈমায়দা হায়থরম্মী,
অদুবু চেক্লাচাশিংবুদি ফাহৌবা
ভমখিদে,
শাদম্বা থুদিং অম্মুম্না
মায়থোখি, লৈমায়দা রাম্বনা
ভাখি ঐগী মঙলান্দা,
কর্মগী বাংমদা অম্মুম্না
কৈন্নু লৈরমদে।
অর্থ অমদং
অম্মুম্না শাদাম্বা লাকপা মপোক্তা,
হিংলিবসে লমজেলগীদমক্কি, অদুবু,
পোলোয়দা য়ুরবা পাত্রদা
কৈন্মু য়াউরমদে।
অহাংবগী অহাংবনা অম্মুম
শন্দোকখি, অম্মুম শন্দোকখি,
অম্মুম্না অকিবনা মরু ওইরকই
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
ভথকপী শক্তিনা অম্মুম্না
পোত্থাবদি লৈতরি,
অকিভুঙ্গুংদা হুডাইবা পোক্তনা,
অভংঅথম লৈতবদা, অম্মুম অম্মুম।

লোয়ননা ভাউথরক্লি,
লীলাসে ওইরিবা অম্মুম্না,
কোম্মোংখিংলবা সনাকোহুংসিদা,

জগোইগী কুম্মৈ তত্তরি অসুম্মো,
ঙাহু কাঙানা তাহ্না,
তাহ্না তত্তনা য়াইবীগী ঈয়াইদা,
পুম্নুনা থম্বীরে থোরীসিদা,
অথাপ্পা থাউমৈনা তত্তনা কাইহোহনা,
তারখি তত্তনা ফিগাউনুংদা,
ঙপ্পগী তরংমালংদা অসুম্না
বলগুম তাউরখি, অহুগা
তম্পনগী মতৌবু লৌহনা,
অর্থ অমদি থমখি,
পুন্সি হায়বমা পুথোকখি,
হৈশিংবা কালাকার অমগুম,
ময়মদি কুকিলগী সুরনা তৎত্রিবনা,
হুংশিগী ইয়ায়দা চেম্বা তাবনা
শোক্কবা, য়ৈনবা,
মাংগা ভুংগা অমন্মুং
পোৎশক্কা পোৎশক্কা শিংনবগী
বাশক লৌখি মিংশেলদা।

***

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ৩০

অথেংবা অহিংগী চিঙ্গাম্না
ওংলবদা লকাম্লুংসিদা,
করিম্নু তাখিদে; ঈশিং য়াউত্রবা
চফুসিদা, মুংজ্রেংনা থল্লবা
চক্দবু উবদা ঈখোলাংলবা
ক্বাককুম্না, নিঙমদা মৈশানা
শরা শনখি; ঈশিং য়াউম
অমগীদমক মখোপোংনা
খোংজবা অরেম্বতমক ওইরম্মী,
নোঙ্গৌবী শাবী তম্বম্নু
কাম্লত্রবদা, শুপ্পগী অমম্বগী
লল্লকম ওই য়াইবীলুংসে
মুঙাইবা মরিক অমত্তা ফংদরে,
মৈশাসিমক্কা চাকথেকৃত্তুনা
নোংমদি শোয়দনা দাইনেশোরস
ওই, লৈরোম্বা মীংতগী ওইনা,
চেমায়দা মরীমরাংশিংসে শায়েক্কী
কুম্মেদা তাথুনা শোয়ররোই,
মুংগী মুং তাক্তানা তায়থ্রবদা চফুসিদা,
পামজবা খরায়গী লৈশাংনা কেমথ্রবদা,
চাংয়েংসিদা।
চাংয়েং ওই;
ওইরিবা চৈনালক্কা,

থেংলবা অহিংগী অন্থবা
খোংচুংদা কমছুনা পীরাংবু চাংয়েংলি,
অন্থুম্না মদোম মাংপ্রবদা চেনা
শাবা সনামচুগী হিদো, রাখলগী
ইয়াইসে লানগে খন্নুবা খুদিং,
বিশ্বামিত্রনা মেনকাগী ময়াইদা
অমম্বগী নোংলৈতবু কংখিবগুম,
নিংবা কায়না খুৎ অসি থারবনি,
থাদোক্লবনি, লকাচুংদা চেনা শাবা
সনামচুগী হিশিংসে থাক্তনা
পুবিখ্রো হায়না, নোংলৈনা
চাম্বিখ্রো হায়না থারবনি।
লৈকোলদা চ উজবী খোইমুনা মাংখিবদা,
করিম্নু অচৌবা রাথোক ওইদে।
মুরগী ইপোমদা ভোংছুনা,
আশাগী ফুরা থংহৌদনা
ফিংথাইখিবদা করিম্নু কায়দে,
ওইছুনা, তুমিৎ, কাং অমম্বুং
মুরানগী ইপোমদা তারবা ভোল্লবা
খোইমু খোইরাগী পুম্লিদি
উমংদা অম্বুম লোইবা মহৌশানি।

চেগী হিমা সনামচু মাল্লবম্নু,
কয়ম্বা ঊচেলদা কয়ানি থাংগনি?
লৈচিলদা শাবা ফুরাবু,
ওইথোকপা নত্তবনা, কায়দে, কায়দে,

মৈচাক খাংবত্তা ওইজগে,
থৌদাং অমত্তা পাঙথোকপা
শুমত্রবদা, করিস্থ কাস্নদে
মহুগী দগিদা।

সনা চহি অহুমনা লাইগী মপোক্তা,
ঈশিংথক্তা থুরুম তোংহুমা চৎখিবয়া,
করিগী রোকেট ঊত্রিবা
লাইপোক্না, করিগী মাংওইনা
কংদে ইতিহাসকী রেকোর্দত্তা,
মহুমক্কী দগিদা তাহুমা,
ঊমংদা অস্থুম থুপখিবা কয়ানি,
চেনায়দা তাহুনা চেগী হি
কয়ানা য়ুরানগী শক্তমদা,
অহুগা স্বরসিমক্ক পান্দুনা,
লৈকোল লৈকোলদা তৎতরি,
থেংলরি, থেংলরি, মৈচাক অসি;
হাপ্তনা, হুংহুমা থন্নবা
চক্ত্রবু ঊত্তনা, ঈথৌলাংলবা
কাকশিংনা অম্রুমা মৈশা
লাংলরি, কায়রবা স্বরবু পুহনা,
তোর্ব্বানসিদা তায়ম্বা শকথংত্রবা
হুংজ্রেং কয়াগীলক্তা।
অহুগা লোংএবদা লাইজনা, গয়াগী
ছুয়েলগুম চৈংজোইনা কুপ্তনা,
কোইগাউনবা য়াত্রিক্না থংলমদে,

অমুয়া পৃথিবীগী অরোইবশিংবু,
লৈকোলগী মুরদা চেহ্‌বা নজ্ঞা
কয়িনু [illegible] অমুম্বা,
নিঙমদা মৈথুগী রাজ্যদা নিংথৌ ওই,
কুকিলশিংনা নাহেক্তা, নাহেক্তা,
লৈকোলগী মুয়না চিংবা মায়কৈদা
চত্ত্‌না, থঙ্কোয় রাগবা কয়িঙুম
অমম্বদা থাংলম্মী।

অহুবু, ভাউথয়ক্রি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা ভাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা',
চৌটিগী ঈশিং মরিক্‌ম মঙলান্দা
ভত্তনা, ভপ, ভপ, ভপ,
ওইররি অঙৌবা কাঙাগী জগোইগী
ইপোমদা শুকলেপ লেপ্পা,
ব্রহ্মাগী ভুংইয়া, আশিবাদতা
ইরোইনা, অচিকপনা মীৎকুপ্পকপা
খুদিংগী,
য়াকাইরি কোঙ্গোয়গী মপৈশুম,
ইতিহাসনা মরোল মরোল,
মতমনি হায়হনা, চাংয়েংনি হায়হনা,
মহৌশানি হায়হনা ইতিহাসনা
শুকলেপ লেপ্পা,
অচিকপনা মীৎকুপ্পকপদা,
পাংকো ঈয়াইদা ভাম্বকাঙা
অনীনা য়াইথীমুংগী মুংশি বারী

চিংথোক্লবগুম, ম্লাউরগি ইতিহাসকী
দৃশ্যদা, অমুম্না,
মার্টিন লুথারনা ভায়রগি শোয়দনা।
অমুম্না তাউথরকই, খোম্লাউসি
পুহনা অভোবা কাঙাশিংনা,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংমৈনা কংবদা', অমুম্না
ঐগী মঙলান্দা তাউরকই,
খোম্লাউসি পুহনা লুথার, লুথারনা
ভায়রগি,
হয়েংগী হায়দোক্লব্নবা মচাক কয়া
পুহনা,
অথাপ্পা থাউমৈগী আকর্ষন্দা অমুম্না,
কংগ্রবনু শাশিবা লম্বোইবী অমগুম,
তাংকী ইয়াইদা তাহনা,
চেম্নিদো পুহনা, সনামচুগী হিনাউসিমক্তা
ইজিংকী মথেম্মতা ওইহনা,
তামহন্নি অথাপ্পা থাউমৈগী লমজেলদা,
সমক্র কোচিংগী ঈচেলবু পুহনা
কোকথোং ওই,
ঈচেলদি তংখ্রিবনা,
থম্মোয় পাক্লি তাক্লয়ে মালেম মৈলমগী।

থেংনবা অহিংগী অমুম্বা
থোংহুংদা কমহনা অমুম্না,
পীয়াংবু চাংয়েংলি,
অথাপ্পা থাউমৈবু মীতম্না।

***

## অহিংগী থাউমৈ : ৩১

সভ্যতাগী য়ায়ৌসি তাবিনবগীদমক্তি,
কারাগারগী চৈনাখোল্লক্তা মমিসি
মীৎসিদা ছাবক্তা ওই, প্রচারগী
শক্তিফাউবা চেপ্পবদা,
অশেংবা জগস্তা, মতমগী
লাংদমুক থুরক্তনা, বলি
চংলমদাই হাপেংগুম নাহেনা খাংলিবা।

সভ্যতাগী য়ায়ৌসি অনুম তাবদা,
অনুম তাবদা, য়াইবীনুংদা তাহোই
অনুয়া উফুলগী উফুলছাক্তা; ভকচবতা
ওই, ভিক্কারী অমগুম লম্বীদা
চৎলম্মী নোংলৈনুংশিংলক্তা, দখিচি
অমদং থীবদা, পুক্সিগী মশকসে
খজিক্তুং কংনবা কোয়না।
ফোরামগী চীংক্তমদা কোয়ছনা
শংকানবা কৌ-পাম্বী অমদং
থীবখক্তনা খোদাং ওই,
হেক্সাংনা কোইশন শন
লক্কাংসিদা অনুয়া, মুক্তিগী
মশক্তি থাপ্পা লৈহোয়ে।
অহুবু খোদাংদি,
অনুম অবাৎপতা ওইরবনা,
খোদাংগী মৈচাক্লা হেল্লয়ে,

কারাগারশিংগী নাংহোক্পা ঙমদা,
কোঙোইনা অদুম থুমখিবনা !

থংইনে, অথাপ্পা থাউমৈনা
খোঙ্বাং তোয়রি; অদুবু
লৌকম থংদরে, চয়েংনথুরে
লৌপুনসে, অশেংবা লম্বী অমদং
লৈতবনা, থাজংত্রিবানা হুংহুম
অমত্তংগু লম্বীশেনদা,
করিনা করিনো, হায়ঙমত্রে,
কর্মগী পুন্সিদা করম্বা কর্মবু
তৌগনি, থঙমত্রে !

মরুদি, কাপুরুষ মীংথৈদা তাখিবা
অদুম্বু ইকাইখৈ মখোয়গীলক্তা,'
তৌঙবা মতিক্কী ইয়াইদা.
মখোয়গী মরুম থুপ্পা হিংবদগী,
মুক্তিবু থঙমত্রে, নত্রগা
করিবু ওইসিগে, নত্রগা
করিবু থারসিগে থংত্রে,
লুরবা মতমসিদা,
কৈশাং তমত্রিবনা, করম্না
মারথীরে হায়না লাউথোকনি:
খোজমমেলৈগুম ঈশ্বরগী
থুয়াগীতা ওইসিরা,
থাজত্রে অমত্তমু, মীকুপ অমদং
ওইরবমু, পুরুগুম শোক্রবা তাবনা

শিংনবগী লাম্‌ংদা। অহুবু
কনাগী পাউভাক্তা ভাংখিদে উফুলগুম
মীপোক্কী কান্নবা খঙজ্রবদা।

সুরদি অসুম থোরক্লি,
পাক্লক্লি মায়কৈ মরিদগী,
বিনাগী তারানা মপান নাইদবগা
শরুবগুম, সুরদি অসুম থোরক্লি,
অবাঅনংতগী রারৌ লৌহুনা
ওসিসু ওাল্লি সুরদাসনা,
রারৌগী শোদোককম রাতরি,
চিথানগী মুঙাইনবগীদমক গুপ্নগী,
অথাপ্না থাউমৈগী মীকোদা তত্তনা,
অসুম্না তোর্ব্বানগী মুংগ্রাইশিংসে,
অসুমত্তা, লংখোক লংশিন তোহুনা
লেপ্পা তারেদো।

অসুম্না তাউথরক্লি অঙোবা কাঙাশিং,
'মৈখুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংখদা,
হৈনম লৈনম চায়বী মলয়াগী
শাক্‌ংগা লোয়ননা ঐবু
কাইহৌহুনা: 'কয়লাগী মৈখুলক্তা'
থম্মোয়গী শাথেক তোয়রকখি
অসুম্না, মীৎনাসি শেংদোকখি
সত্যতাগী রারৌদা ঈরুপ্‌ংনা।
অহুবু ওইরক্লবদা লৈয়াংগী শ্রদ্ধাঞ্জলিনা
য়োৎকী কারখানাগী মশক,

পামেলহৃদা য়াউম অমত্তং,
য়াৎলে বাৎলে, মবাৎলে,
খোম্বাং য়ৈরকপদা,
মপূক য়াউত্রবা যম্নাউগুম
হুংশি, হুংশি খোংলকপদা
ঐগী থম্মোয় পুঙমদে।

অম্নুম্না কাঙাগী শাথেক্তা য়াউরখি,
অম্নুম্না মীৎমাই শেংদোকখি,
হেনক্কদদুনা লম্বীশিংসে য়েংনবগীদমক,
অথাম্বা থাউমৈগী লমজেল
তাম্নবীদা পোৎলুম অসিমক্না
থৌদাংগী পোমিৎ তাকখি,
পোৎলুমদা হুত্তাইবা তাইবংদা।

অম্নুম্না থম্বিরে ঐবু কায়াগারদা,
অম্নুম্না থাবিবা মতম ঙায়বদা
মুন্নগী ইপোমদা তাউবা
তারক্লে কাঙাগী জগোইবু
তুংইম্না, লৈ চয়োং হেক্তুনা
অম্নুম্না মতম লেঙখি।

চিম্থি য়াহৈ ঙাংলুম্নে উপায়
লৈজবদা, হেনক্কদদুনা
তোক্লরে নমজা নমথাক
প্রকৃতিগী উপাল হৈপালদা
চংদুনা, অম্নুম্বা মৈয়াশিংসে চুম্বৎপা
তমখি, অথাম্বা থাউমৈগী
মীকোনা থৌদুনা য়াইবীল্লুংদা,

লমজেলক্লা মক্ক ওইরবদা:
মৈরাবীগুম অহিংগী মীকুপ্তা
চিঙাক· ওই, ওনপী
মখোয়গী খুহং লৌহনা,
মখোয়গা শিংজমদা অন্থ্রা
লৈচরোংশিংসি হেন্দ্রবনি.
পোকপতা ওয়রিবা অঙাংগুম
মমাগী তমপাক্তা কপ্পগী মচুতা,
ইমাগী সেবাবু চংহনা,
ছয়াবা লাকপা মপোক্তা।

লিনগী খায়াত্তগী হিংনবা চেঙবা
হেঙোইনা তৌবা মতানি
মসিত্তনা লম্বীনি,
লম্বীসিদা খম্বীরম্বনা অথাপ্পা
থাউমৈগী বাহদা
লম্বীসিদা চৎপনা,
চেন্নুরে পাউজেল কয়া,
সত্যম, শিবম, সুন্দরম,
অচুম্বনা ঈশ্বরনি,
কয়া কয়া.
অদুবু চিনসিদগী ভারতখি লৈকাং
ওাক্তা, মীকপ থোয়কপদা,
য়াখিবদা কেনখি বুদ্ধ, গান্ধী.
পীবুক্কা হাংনা লৈহৌই, কাঙাগী
শাথেক্কা ইনোৎ হাপ্‌না,
হয়েংগীদমক কৈথেলসিদা।

## অহিংগী থাউমৈ : ৩২

ওইজবতনি পুম্নমকসে, অমাং অতোংগী
কাম্নবারদা মচু মখল কম্নানা
মীৎ অসিবু থুপহন্দুনা, লেমজবা
শক্তদনা লৈরাং লৈকালক্তা,
সুংশিগী সুরাম্ননা হৌম্নকপদা,
মখল মখেল মচুগী টিউবলাইটশিংনা
কুকেৎ কাকেৎ কৈথেলসিদা,
উফুল চাইরক্লি মীৎসিদা,
ফিজেৎচাকচা কয়াগী লৈতেংলবা
তোর্ব্বানসিদা,

খেম্নবা কয়াগীলক্তা মাম্নবা,
খোঙ্চাউবু শক্তদনা অম্নুম্না
তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহনা,
অমম্বা নোংলৈনা কংবদা',
চীংম্না চীংয়াগী চেক্লাশিংনা,
পাইখোরক্লি মীৎয়েংগী কুম্মৈ
ওইনা মচু মচুগী লৈরাং
লৈশাক্তা লাউরক্লি,
খোঙ্গাংদি অমত্তদা, মৈরবি,
হুরাম্বগী লাম্লোংদা,
কেজেংকদবমম্না খোরকপা খোংজংদা,
মিশাইলশিংগী অকি তুজুংদা,;

অঙৌবা কাওাশিংনা তাউথন্নকপগা
ইয়োইমা, লঙ্কাংসিদা
চাক্তারনি চেক্লাচাশিংনা,
শৈশক, শৈশক শঙ্কহুনা,
ঈশাইক্কু অমদং থীবদা,
থরায়গী লোৎচকম।

হিংবদি হৈনত্রে থংলে,
অহুবু 'অশিবগী থায়াতপুদি'
কয়িগী কিরি,
থবায়গী মশঙ্কা; হিংববু
নিঙ্গা তৌনা তৌনা,
চেক্লাচানা করিগী
ব্রজগী মশেকপূ থৈদোক্লি
অকি তুজুংদা, থরায়গী
মঙ্গিরদা অসুমন্তা শাংলরিবা,
ওইবা লৈয়াংশিংগী,
চৌথানগা, পীবুক্তা শয়ত্রবদা
কৈথেলসিদা মৈথুত্তমক
ঊরিবা; লঙ্খৌসি অমঙবদা,
শৈহেক শৈদমলক্তা থোৗহুনা,
অসুম্না ওইরিবা,
চয়েৎনবত্তা, চয়েৎনবত্তা, ওইরিবা
ব্রহ্মামক্লা থংবা চমখিদবা
ময়ামরিচিকাগী মমিসে?

ঐবু থাদবিরম্মী চিন্নবা মতমসিদা,
চেকাইতা ওইনা মোংশোংদা
লোক্ত্না লৈরম্মী।
কৈদা মুত্তাইগনি পীবুকসে,

অম্বুম্না ওইরবদা মীওইবগীলক্তা,
চেকাইগা, মশালগা কয়াদা
থেম্নরিবনা; করম্না
পেম্বোকউ হায়রবনো চেকাইনা
লৈথক্তা তারিবা লোম্না থুম্না
মশালদা তাহনা মীভৌগীলক্তা
হৈনবা থবায়গী ছন্দ মতমদা,
মখোয়গীলক্তা; মখোয়গী মিত্তা
তাম্বিবা মমিংসি ওম্বোক্না য়েংমদা
ইকাইজৈ অম্বুম্না।

হায়দোক্ন খুদিংদা অশোয়বতা
ওইরম্বদা, চংলুবা খুদিংদা
থিংথংবু থেংনরুবনা, লম্বোইবা
শাহনা চংলিবা লম্বীগী চান্নিবা
ওইনা লেবদা থরায়সে চোকথরে,
চেকাইগুম মোংশোংদা তারবদা।
অহুবু অম্বুম্না লোংলি কেকু লোংপী
লোংলি লেপ্তনা অমম্বুং
অলোংপবু থীরি,
লোক্ত্না চংলি য়াইবীগী ইয়াইদা
লৈনমবু ওকপা,
পোম্বীচেন্নাগী রায়ী শম্বোকপগা

লোয়ননা, ভমহুনা ইয়াইদা,
মমিংতা ঙায়রবা ।

অসুম্না তাউথরক্লি অঙৌবা কাঙাশিং,
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,
অথাপ্না থাউমৈগী মীকোদা,
লমজেলবু তাম্নহুনা ।

থীবনা ঈশরুক ওই,
য়েন্দাই য়েন্দাইদা,
মন্দিরগী শয্যাসিদা,
অথাপ্না থাউমৈগী মীকোদা,
থাঙমদা চিন্বান্দা শোন্দুনা,
পাউজেল কয়া :
চাখিবা, কথে.কপা অমসুং পেম্বোকপা,
পাউজেল শন্দোক্নুনা,
প্রিষ্ট,পুরহিত, মৌলবীনচিংবা,
অমম্বগী নোংলৈশিংবু শোন্দুনা,
লৈনমদি য়াউরক্কে খুৎশাশিংদা,
থাদোরকপতা, গুজাগড়, কুন্তীর,
শকুবদা যুবরাজ,
শন্দোরকপদা কেমেস্ট্রিগী পোৎচাকশিং,
অসুম্না, ইদোম ঈয়াইদা ঈরাক্লয়ে ।

অহুবু অম্বম্বা
'মৈথুগী ইপোমদা তাউহুনা,
অমম্বা নোংলৈনা ফংবদা,'

অমুকন্নু তাউথরক্নি,
অঙোবা কাঙাশিং,
থোনাগী ইম্মাইনি তাক্ত্‌না,
জগোই শাথেক্তা মক্তম পুহনা
খোম্বাং য়ৈরম্নি,
    চংশিল্লু, থুগাইয়ু,
শাগৎপগী মঙলাম্দা,
মঙদম্না খোল্লাউবু তিত্তরি,
কাঙাগী জগোইনা পুহনা,
খম্মোয়বু লৈহাউদা থমহনা,
ঐগী মঙলাম্দা।
অন্নুম্না অকম্বা খোল্লাউদা, তম্নানা
পুম্নমকপু মায়থীবা পী,
থগুংদা চংহনা,
পীবুকী হুংগ্রাইশিংসে থুগাইহনা,
হুংশিবা লৈনম শম্নোক্তুনা,
খম্মোর খম্মোয়গী পোমিং তাক,
লমজানুব, মশিং হাত্তরি, অন্নুম্না,
কনক থেঙদগী হোৎহনা ঙসি কাউবদা,
অন্নুম্না থম্নায়বু থোহনা পুবিরি,
য়াকাইরক্নি নোংশা কয়া
খম্মোয়হুংদা,
কাঙাগী জগোইদা লুপ্ত্‌না,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা তাহনা,
হারৌগী হারৌ ওই অন্নুম্না
পুন্সিনা তম্নগুম কুকেং কাকেংলি,
অমম্বদহুক, অহুগ। অমুকন্নু,
অঙাম্বদহুক উত্ত্‌না।

# অহিংগী থাউমৈ ঃ ৩৩

ইথুংমক্না চুপ্পবা মোমবাত্তিগী
মৈরাশিংসে, অমাবস্যাগী মীকুপ্তা
ঙসিস্থ চাক্লি লেপ্তুনা,
ঐনা থাজৈ; অম্মা
মুংপা লৈকরে প্রকৃতিগী নোংজু কয়াদা।
মতুমক্না হাপখি বলসিদা,
তন্নমা ঙাম্মোইখি কুইকং কাকেং,
ইথুংমক্না শেমজখিবা:
থুদিংদা, অঙোবা কাঙাগী শাখেক্তা
ভাহুনা,
অথ'প্পা থাউমৈগী মীকোদা।
থরায়গী মঙালবু নোংলৈনা হুমখিদে,
মুংখিদে ঈশিংগী ইপোম্না মৈরবদা
অশিবগা শিংনবদা মাইথিরবা
লান্মী ওইরবস্থ,
অথাপ্পা থাউমৈগা অম্মা
লমজেল তাম্নরৈ, নিয়ত্তিগী মথাদা
তাউদবা বলসিদা ওইহুনা।

লৈগনি লৈয়ি অসিমক ব্লেকবোর্দসিদা

তশেংনমক, অম্মা তারয়ে,
পুন্সিগী মীকুপ মীকুপ্তা,
অনৌবা থোংথাং অমদা,

নিশাগী ভাইবংদা,
অপংবা পুন্সিদা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা,
অসুম্না ভাল্লয়ে স্বর্গগী অপেম্বা,
থম্মোয়গী লৈমায়দা লৈরাংগুম
চোইজায়না ।

অমরোমদা, সন্ত্রি ওইনা,
অথাপ্পা থাউমৈসে কংলাসিদা,
হায়নিংই, পুন্নমক্কী সাক্ষী ওইরি,
মরমদি, স্বর্গগী থোংজং অমসুং
নরক্কী মৈথং,
অনীমক্তা ওনশিন্দুনা মথো পোংনা
সুম্বু চিংহুনা,
লৈকোলদা তাহুনা সাক্ষী ওইরি,
প্রমান থুদিংদা থম্মোয় থম্মোয়গী :
থম্মোয়নতা শাগৎপা, থম্মোয়নতা লৌশিঙহুবু
তুংইম্না,
ফত্না থুদিং ইশন শনলি,
ফৎটবলল থুদিং ইচায় চায়রি,
অথাপ্পা থাউমৈগী ঈচেলসিদা ।

অসুম্না পুন্নমক ওইরিদো
ঐগী মঙলান্দা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা,
লেপ্তনা ওইরিদো ঙসিসু
স্বর্গগী অপেম্বা,

পুন্সিংগী ইহো খুদিংমক্তা,
সত্ব, রজ, তমগী খোংহোবু
তত্বগুম স্বর্গগী পামেলবু
ভায়রিদো;
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা থুপ্পুদ্রনা।
অম্পুম্না ঐগী মঙলান্দা,
অথাপ্পা থাউমৈনা ভাল্লরি,
লানফম অসিদা,
অরাবা মথৌ থদ্রুপ্তুদ্রনা,
থম্মোয়নভা লৌশিন্বা, লৌশিংনভা শাগৎপা
মরমনা, লানফম অসিদা,
হায়রনি ভসিদি,
অথাপ্পা থাউমৈদি সেনাপতিনি শোয়দনমক,
অতুগা ঐবু কেটালিষ্ট ওই,
ঐগী মঙলান্দা ভত্তুনা,
থবায় খোয়দানা লৌশিন্নুই।

অঙইবমক, থাদোকপা ঙমদে,
অথাপ্পা থাউমৈনা চাত্তুদ্রনা
মঙাল ফজিবমক্তনা লেপত্রিবা, অতুগা
লেঙলিবা, পুন্সিগী মুক্তিসে,
থাদোকপা ঙমদে।

লৌশিন্নি খোয়জংনা,
শক্তিগী বাংমদা লৈপ্রবা
অথাপ্পা থাউমৈবু
চেকপল অসিগী লমশেম্বা ওইনা,

হুংশিনা য়োকচৈ, অহুগা শেমগৎচৈ
অথাপ্পা থাউমৈমা থরায় মঙাবু
লৈচিল ওইনা মঙল মঙলহুনা
অতিয়াসিদা।

অসুম্মা শোম্মা শোম্মা
মীংলেম্ন্, খুংগুম ঙংলৈদো,
তিনখিবগা থম্মোয়না থম্মোয়দা,
মঙালগীলক্তা,
লৈচিলনা অসুম্মা তারবগা
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা।
অহুবু, মীকুপ্তা খেংনরুই হুংপ্রাইলকসিদা
অবাৎপগী অবাৎপা ঙাক্তা,
চিয়বা মীকুপ্তা,
অথাপ্পা থাউমৈগী ইচেলসিদা
য়াউরম্মী অসুম্মা লৈকা খুদিং
কেনথ্রবা লৈরিকপু,
ঐগী মঙলাম্বা,
মৈচাক অসি পূহনা।
অসুম্মা খুংহৌদা শায়োলম্ভকথি,
থম্মোয়নুংগী,
পেম্বা অমম্নুং অরাৎপমথৈ,
রাখংবিনবা লৈত্রবমু।
অহুবু, থাদোকপা ঙমদবনা পুক্সিগী মূত্তিসে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকোদা,
অসুম্মা কংলয়ে, লৈঙোইগী
ফুরাহুমক, অহুগা,
থরায়না অহাংবদা তাহনা।

ওইরক্লে লৈঙোইগী ক্র্মাহ্নদি,
মঙোল ফংঙৌ য়াদবা ওইরক্লে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা
স্বর্গবু মঙদম্না অম্বুম্না,
থম্মোয় রাগন্বা শৈশক্লা তোয়রখি,
অথাশ্রা থাউমৈগা ্লাচিংদা,
চোকথরবা যান্নিকী দশাসে অম্বুম্না
ওইরক্লে,
থজিংঙ্কুংদা কিংখাইথরে,
তাহৌরে থম্মোয়না অহাংবদা,
উপায় লৈত্রগা দশাসে,
অথাপ্পা থাউমৈগী মরুমদা
হেন্নক্ষদহ্নুনা, মঙম লেম্বদা অম্বুম্না ।
হৌথরে চহী কুমন্না কয়া,
মঙদম্না হুংশিকো, পুক্লিংবু হুঙোল্লি,
মঙদম্না হৌগ্রবদা, ইপোমদা,
মথং মথং তৌহ্নুনা
থৌরীসিনা ঙাল্লবদা মাঙওইনা;
পুক্লিংবু হুঙোল্লি,
স্বর্গগী অপেম্ববু মংদম্বনা,
কায়না মৈথুলক্তা,
অথাপ্পা থাউমৈগী মীকৌদা
থম্মোয়খে থৌহ্নুনা লমজেলসিদা
অমম্বনু অম্বুম্না থাদোকপদি ঙমখি...
চাংয়েংগী পাত্রশিংসে.
অম্বুম্না য়াইবীহুংদা ভক্তনা ঙাল্লরি

